Regd. No. RN 34203/79 New Delhi     Kangleikhol No. 86



10TH YEAR OF PUBLICATION     SEPT 1988 THAWAL/ LANG3385

সনামহী লাইনীং, পুন্সিরোন, থোনা কাংলোন পুন্সিরোল হলা, ইনাৎ,
লোইনসিন্নোনগী অমত ভাইব সলাই পুন্সিফমগী থাক্সী চেকোং

হা ইমা ইমা ও
ঐথোবসু লাক্লে ইমা ও।
নোং চুই লাকনু
য়েংপাক তুপ্তুন এলাক্লে।
লম্বা নাল্লি লাকনু
চৈসু সুহুন মলাক্লে।
ঐখোয়ন হয়েং চাউরগ
চাউর রাঙ্গোল ফাবগ
সজেন থোংগী থোংয়াইদ
সমু ভোংহুন লাকপদ
ঈমা নংবু কাউজরোই।

● মীহৌরান থকচবন মীহৌয়োন ইব
● লাইনীং লম্বীগী পাউরো
● অসিববু হিংগংহবগী কাংলোন
লৈত্রা ?
● পুক্সিংন হকচাংবু করম চোকথহল্লি
● অনন অথো কোকপ




* মসি মীহৌয়োনগী রান্নিনি
* লৈবাক ভাক্লোন্দ অথম্বসিং
* সিদ-হিদাক (চক্ক ৫)
* ঈমালোল নৈনরলি
* অসিনচিংব।

ঈপায় মৈহৌয়ে লাংবি মৈচাক্লে ইহনিংথৌ লৈজম্বা থাবী মৈকক্রো।

## "FISH AS A NUTRITIVE VALUE"

1. Fish contains the easily digestible animal protein specially for the fish eating people.
2. Please get the required protein food by culturing fish of quick growing species like Catla. Rohu, Mrigal, Common Carp, Silver Carp etc.
3. Fish culture on scientific method in large will certainly help not only in the increase of fish production but also to the unemployment problems.
4. Question of finance is no more a problem for enthusiatic young intending pisciculturists.
5. Government extends all supports of technical and financial helps to the interested persons who sincerely and honestly desires to take up the pisciculture scheme as their profession for their livelihood.
6. Please, therefore, be used all available water areas by stocking different culturable varieties of fish and also please adopt modern techniques/scientific methods.
7. Please be visited nearest Fishery office and contacted Fishery persconals for your guidence.

Issued by :—
Publicity Wing
Directorate of Fisheries,
Government of Manipur.

# KHORIROI SANGLUP
## ( Editorial Board )

KANGLEIKHOL

Office of the Kangleikhol

(Regd. No. RN 34203/79 New Delhi)
Sagolband Tera Khuraijam Leikai
Imphal Pin : 795001. The largest
circulated Journal of its kind in the
North East Region of India.

# মীহৌরোন খণ্ডবন মীহৌরোন ইব

কংলৈপাক্কী মীহৌরোন অসি যাম্না লিরব চাওখৎলোন কয়াগী পরিংনি। লমদম অসিগী মীহৌরোন ইরম্ব ঈপা ঈপুসিং তন্থ মীহৌরোনগী মাখল মতিক চান লৈরম্বভাক্তনি হায়বসি মখোয়ন থনম্ব লাইরিকফিংন ভাকই। সলাই সলাইগী নিংথৌরোন পরিং নিংথিন পিব ঙম্মন্মী। মদুগী মথক্ত লম লমগী মীহৌরোন (লোকেল হিস্তরি) পুক্কে চোম্ম থনম্মী। থাংগ চৌংগোয়রোন, নোংমাইজিং চৌংগোয়রোন, কৌব্রু চৌংগোয়রোন, থাংজিং চৌংগোয়রোন, হৈবোক চৌংগোয়রোন, চৌংভালাংথৈ, চৌংনি চুপলেন —অসিনচিংব মফম কয়াগী লাতম কয়া লৈরি। হেম্ম মীহৌরোন ইবদ থুমাং চাওসিল্লম্বগী থুদম সাগৈ সাগৈগী যুম্নাক যুম্নাক্কী যুমদাব পুয়া মসীং লাকত্তমদন লৈরি। থৌদোক কয়াগী লাইরিক মরাং কায়ন লৈরম্মী। লম লমগী মমিং থোনথিবগী লমমিংলোন কয়া মরীক চুম্ন লৈরম্মী।

অস্নুক কুপ্ন থনম্লিব বারীসিং অসিন ভাকপদি কংলৈপাক অসি মীহৌরোন ইবদ অস্নুক্কী মতিক থুমাং চাওসিলম্মী হায়বসিনি। সাগৈ পুম্নমক্কী হৌরকফম সাংফম অমত্ত রাত্তন ইদ্বন থনম্লিব অসিন মরীক চুম্নব মীহৌরোন লৈজরকপগী থুদম্নি।

নোংচুপলোমদগী লাকপ মীওই কয়াগী মীহৌরোনবু নোংচুপ হারম কৌদ্বন থনম্মী। নোংপোক্তগী লাকপ যুম্নাক কয়া নোংপোক হারম কৌদ্বন মরীক চুম্নব মীহৌরোনগী লাইরিক ইরম্মী।

## নৌন ইরকপ হিস্তরি ওফ মনিপুর

হন্দক্ত নৌন থাহেংবম ইবোহল সিংহ কৌব অইব অমন ইংরেজি লোলদ দ হিস্তরি ওফ মনিপুর কৌব লাইরিক অম ফোংলকপ থেংনরে। ইবোহল সিংহগী মীহৌরোন ইব লাইরিক অসিদ কংলৈপাকী থোংচিন্দুন লৈরম্ব মফম খঙন লৈরম্ব মীহৌরোন্দি খ্রিস্তগী চহি চা ১৫ সুবগী মতুংদনি হাধন লমদমসিগী মীহৌরোনবু য়াম্ন তাখিন হন্দুন ইরি। খ্রিস্তগী মতুং চহি ১৫০০ সুবক্তাওবদি কংলৈপাক অসিগী নিংথি-মুংঙাইন মীহৌরোন লৈরমদে হায়রি। একাউন্তেং হিস্তরিদি খ্রিস্তগী তুং ১৫০০ গী মতুংদগীতা লৈরকখিবনি হায়ন লাইরিক অসিনী লা: ৬ সুবদ ইসিন্দুন মপান-লমগী মীওইসিংদ ফোংদোক্লি। মহাক্ত হায়রিবসি লমদম অসিগী একাউন্তেং হিস্তরি অসি য়ায়রবদ সুপগী চহি ৪৮৭ লোমতমক ঙাযরি অসিনি।

খ্রিস্তগীতুং চহি ৩৩ সুবদগী ঙসিফাওবগী চহি ২০০০ রোমগী মীহৌরোন একাউন্তেং হিস্তরি লৈজরিব লমদম অসিগী মীহৌরোনবু একাউন্তেং ওইবদ চহি ৪৮৭ রোমতা ঙায়রি হায়দুন ইসিনব অসিদি ভসেংন লমদম অসিগী মীহৌরোনবু করেম্ন্দনি হায়ন লৌগনি। ৩৩ এ, ডি, গী মথাংদ নিংথৌ কাংব, ককস্থ তোলোংব, লম্পীচা, মলিয়া ফম্বালচা, মঙাং নিংথৌ, ঙাসাব নিংথৌনচিংব মনীং নাইদন অমুক লৈরি হায়বসি লাইরিক ইব অসিন করিমত্ত খঙদ্রে।

### মীতৈ ৭৮ খক লৈরম্মী হায়রি

ইবোহল সিংহগী লাইরিকসিদ খ্রিস্তগী চহি ৬০৬ সুবদ মীতৈ মনীং অসি ৭৮ মুক্তমক লৈরম্মী হায়রি। খ্রি: ১০০৬ তা মীতৈ মনীং ৩৫৫ খক লৈরম্মী হায়দুন ইসিল্লি। চহি ১০০ গী মতুং হায়বদি খ্রি: ১১০৬ তা মীতৈ মনীং ৫১৮ খক লৈরম্মী হায়দুন ইসিল্লি। অমুকশু চহি ১০০ গী মতুং খ্রি: ১২০৬ তা মীতৈ মনীং ৭৫৭ খক লৈরম্মী হায়দুন ইসিল্লি। নিংথৌ নাওথিংখোংন পানব খ্রিস্তগী চহি ৬৬৩ অসিদ ইবোহল সিংহন মীতৈ মনীং অসি ১০০ রোমতমক লৈরম্মী হায়রি। নাওথিংখোংগী

মতমদবু মীতৈ ১০০ রোমতনক কৈ হায়জিল্লবদি মসীং অসিদি "নাওথিং-খোং কন্নাল কাবা" হায়দুন পুযা ওইন সিংথাদুন ইরম্মিব অসিদ ভিন্নিব কংলৈপাকী অঙম অখোসিং অদুগী মসীংফাওব য়োদ্রে।

য়াম্ন নোক্লিংলিবদি ভইব মসান লাইরিকসিগী লা: ২৩ সুবদ অস্তুম অমুক ইরি – "Determination of growth of population by this type cannot be applied universally But in our case we have very good accounts" মসিগী রাহন্থোক্তি— "মীসীং হেনগৎলকপগী মীসীং লেপ্পব পাদিব খুৎপা অসি ... ময়ামগী ওইনদি সিজিন্নব য়াবোই অদুবু ঐখোয়গী অসিদদি খুদম ফজন লৈরবনি।"

মতাং অসিদ মীওোন্দদি চৎনব য়াবোইশিব ঐখোয়গী অসিদদি পংহায় হায়জিনব য়াবনিন চৎনব য়াগিব মীসীং খুৎপা অমানি হায়বগী ইঙ্গিং অম অইব মসান ইদুন পিজরি। মসিন পংহায় হায়জিল্লগ পংজৌ ক্ষৌসিল্লগ মীহৌরোন অম হেক্ক লেংসিনগনি থাল্লব ভইব অসিগী রাথল অসি নাপল হায়বদুরা, খঙমন্দবদগী পংঙম ওয়েবজাৎলা নত্রগ লমদম অসিগী সাংন হিংজরক্লিব মনাৎ অমদি চাওথৎলোন অসিবু ওয়েবমথৈ লৈখা তাহন্নব ইনসিল্লকপ মীওইসি লৈবরা? মীয়াম হংনরক্লগনি।

## খ্রি: ৪০৬ তদি মীতৈ অমত্ত লৈবমদে হায়বি

মীগীদ চৎনব য়াদ্রবসু ঐখোয়গী অসিদদি য়াগনি হায়ব ওসাইগী মীসীং খুৎপা অদুন পাবদ খ্রি ৪০৬ তাদ মীতৈ অমত্ত লৈরমদে হায়ব অস্কসিকরিমত্ত মুংসা থিদন ঐখোয়ন হায়ব ওয়ে হায়দুন লাইরিকসিগী লা: ২২ সুবদ অমুকসু ইরি। অদুন মীওইবন লমদম অসিগী তম্পাক্ত খুন্দাবসি খ্রি: ৮০০ গী হৌনগী খোংথবানি হায়দুনসু হায়রি। মসিদ অইবন পুযা ক্ষেত্রগী মাম' পম্ম। মসান সেনসারগ হেক্ক ইসনবগী পাইব সিজিন্নরি।

... বিহৌব চুমগনি।

লাইনীং লাতম

লাইনীং নৈনসং সলাই পুন্সিফম



# ( লাইনিং লম্বীগী পাউরো )

—য়োইরেনসং ।

"পাউরো" হায়বসি লৌসিংগী পুকৈ কয়াদগী সোয়ত্রে খঙলব চহি চা কয়া চুপ্লে খঙহন চাংবেং তৌরক্লব লৌখৎলব লৌসিংগী সরুক অম্বুনি। লাইনিং লম্বীদগী লৌসিং কয়া সংকংলি, লমচৎ সাজত্তগী কয়া লৌখৎলি, চিনজাক-কাংলোন্দগী কয়া থিগৎলি, পূক্নিং-কাংলোন্দগী ( সাইকোলোজিদগী ) কয়া খনগৎলি, মাইবরোন্দগী অচুম্ব লৌসিং কয়া পূখৎলি, রায়েন সংদগী কয়া খোংচিল্লি, সৈত্তাক্রোন্দগী অমদি খুনাইগী চৎনরোন্দগী কয়া লৌসিল্লি। অমুম্ব চুপ্লা খঙলব মীওইবদ কান্নরব য়া মচৎ কয়া অসিবু লৌখৎলব পাউনি হায়রন "পাউরো" কৌই।

ফুরুপ অমগী পুদিলদ (লিতরেচরদ) "পাউরো" হায়ব অম "পাহৈ" হায়ব অম "পাউতাক" হায়ব অম "চৎনবী য়াহৈ" হায়ব অম

থায়দোক্নবা লৈ। হায়রিবা লৌসিংগী পুক্কৈসিং অসিন থুনাই অমগী চাওখৎলোন সাগৎপদা মমল য়াম্বা থুদোল তশী। খণ্ডবু খণ্ডহল্লি লানগল্লবা পুক্কি অসিদা লালহন্দে, চেকসিনগন্দবা কয়াবুসু মতাং মতম চান চেকসিলহল্লি, হৈত্তবা কয়া য়াহৈ খজিক্কন হৈহল্লি মতাং অসিদা লাইনিং লম্বীদগী থোরকপ চুম্মে থঙলবা লৌসিং খর পাউরৌ ওইনা লৌখতুনা মীয়াম খঙননবা চৎনরম্ব মতেক খরদং নৈনরি।

**লাইনিং লম্বীদগী থোরকপ পাউরৌ মথল** — লাইনিং লম্বীগী কাংলোন সাংনা চৎলকপদা সকখঙলকপ খঙবদা কান্নবা পাউরৌসিং অসি মথল খর থায়দোকপ য়াই।

(i) থৌদোক অম থোকপদগী থৌদোক অদুগী য়াম্বী লৌরগা সেমখিবা পাউরৌ অসি মথল অমনি। খুদম ওইনা "পেনা সোম্লৈঙেদা সমুরৌ য়েৌই" হায়বা পাউরৌ অসি থৌদোক্তদগী লৌবনি।

(ii) লাইনিংবদগী খঙলকপ মুংগী ওইবা য়া অদু পান্দা পুথোক্নবা মীওইবগী পাউরৌ ওইনা মথল খরসু লৈ। খুদম ওইনা "লাইদি মথৈ ফংলগা হরাওই মীদি মথৈ ফংলগা সাওই" হায়বা পাউরৌ অসি লাইনিংবসিংনা ফংলকপ মুংগী ওইবা লৌসিংদগী মপান্দা পুথোক্নবা মীয়ামদা খঙহল্লকপনি।

(iii) পুক্কিং কাংলোনগী ওইবা লৌসিংদগী মীওইবগী পুক্কিং ইহৎলা নৈনবা অখঙ অহৈসিংনা চেকসিল-য়া কয়া পুথোকপদগীসু পাউরৌ থোরকই। খুদম ওইনা "অঙাওবদা য়ুম্নুম পালহনগনু অপঙবদা মহৈ তম্বীগনু" হায়বা পাউরৌ অসি পুক্কিংলোন নৈনবদগী লৌরকপনি।

(iv) মুম্বাক্লোনগী কাংলোন নৈনবদগীসু পাউরৌ কয়া থোরকই। খুদম ওইনা "অঙাংদি নিংথাদা খঙই" হায়বসি মুম্বাক্লোনগী অহৎকপ কাংলোন্দগী থোরকপনি।

(v) পূক্সিবু তাংকক নাইন নৈনব পূক্সিরোন্দগী কাংলোন্দগীস্থ পাউরো কয়া থোকখি। খুদম ওইন "মীন কল্লকপ মতম লাইনস্থ পাম্ব মতাংদি মথোৎ কারকপ মতমনি" হায়ব পাউরো অসি পূক্সিরোন্দ য়াওব লাইনিং লম্বীগী সরুক পুথোরকপনি।

(vi) মহৈ তম্ব, সিন্দম্ব ( ইদুবেসন ) ফিবগী কাংলান্দগী পাউরো কয়া থোরকখি। খুদম ওইন "সিন্দস্বন লানবাদ ইয়ুন কোকাপব উম্মী, ইয়ুন লানবদি সিন্দস্বন ঙাকপিব উমদে" হায়ব পাউরো অসি লাইনিং চম্বী তম্বীবদগী (রিসিভস ইদুকেসনগী) থোরকপ লৌসিংগী পাউরোনি।

(vii) করিগুম্ব থৌদোক অমদি কাংলোন অমত্তগ মরি লৈনদব মীওইবগী পুন্সিদ মথৌদাং পাংথোকপদ চংদব য়াত্রব লৌসিং কয়াস্থ লৈরি। মতুদগী মীয়ামগী পুরিং-লৌসিংগীদমক পাউরো কয়া মায়াচৌ-সিংন লেপ্পুন থনম্মী। খুদম ওইন "নোংমদ পোকপ মচান নিনি সিব হৌনদে" হায়ব পাউরো অসি মখল অসিদ চল্লি।

মস্তুম্ব থৌথোক্তগী কাংলোন নাইন লৈব লৌসিংগী পুক্কৈদগী অমদি সিল্লম-সিস্থা কয়াদ কাউব য়াত্রব কান্নরব বাখল্লোন কয়া লৈবসিংদগী পাউরো কয়া সেল্লকই, চৎনরকই। অসিগুম্ব পাউরোগী মমীংদি য়াম্ব য়ামথ্রে। বায়েং মচা অমদ সরুক ১০০ থোকপগী ১ লৈনব উদ্বগী হোকম লৈতে। অদুবু অপৌব খরদং লৌৎকগ ফিক্ক পিক্ক লৈনবদি য়াম্ব মুংঙাইব বাখলগী সাজেল অমনি।

## পেনা সেম্লিঙৈদ সমুরো য়ৌই

পাউরো অসি মীহৌরোন্দ থোবখিব থৌদোক অম্বগী লৌন্থন লৈখিব লৌসিংগী কাংথুল ওমনি। পাথংবন মোইরাংদ লোইয়া কংলা য়াম্বন খুমজ কয়া লৈরুরব তুংদ ময়াম্ব কজোদ বারকখি। পাথংবন ময়াম্ব

কংলাদ হাইগংলবগ মুমিং অসি মীহৌরোন্দ চাউন সিংথাহুন লৈ। পেনা সৈরোল মক্কুন, পে খান্দুন অঙম অথৌ, অমাইব অমাইবী, অসৈহনব কয়ান থৌগল তৌদুনা থেনগাদুকই। মোইরাং কমদগী পাখংবন ইক্ষাল তম্ন কারকপগী খোঙচত্ত থর চংলগ লমখাদ পেনা অম্ভ খোংব য়াজে। পাখংবগী মতিক ময়ায় সৈথারকপদ করিম্ম তৌদ্রিব পেনান খোংব য়ারক্কবসিদি বরি রায়েন লৈবননো হায়হুন অথক্ত অহৈসিংন হোৎচিন্দুন লেমখি।

সাৈম তংপম্ন নত্তে, হৈজিং তেকপসু নত্তে, তিংখল নাম্বোকপম্ন নত্তে, লাইহিদাক মউ অহু কায়বম্ন উদে, পেনা পু মায় সেগায়বম্ন উদে। অত্থাদ পাখংবগী মতিক ময়ায় সক্ককপদ পেনা মখোল থোক্তবসিদি বরি-নবো হায়হুন পুক্রিং চংন লেম্লখি। মহৈথংদ পাখংবগী ময়েক অম হাংদুন পেনা মকোক্ত পুন্দুন খোংবদদি পাখংবগী মতিক ময়ায় সকপ য়রে, পেনা খোংবম্ন জিরি জিরি চৎলে, মখোল মুন থোক্লে। ময়েক অসি হাপ্পদগী মিংথৈ পুম্নমক মুন সকপ য়ারে, পেনা মখোল থোক্লে হায়হুন থেৎলিব ময়েক অসিবু লাইগী ময়েক্কি হায়হুন "লাইনা" হায়ন মমিং থোনখি। ওসিফাওবদ পেনা সাবদ, পেনা খোংবদ লাইনা অসি য়াংদন থক তৌনদে। তুংলমচৎফাওবগী পেনাগী চাউরব মনাং অম ওইহুন চৎনখি।

অম্মুম পেনা সেম লোইহুন "লাইনা" হাপ্লগ পুম্নমক সৈথাব য়ারব মতমদ কংদরকপদ ঈপুথৌদি সমুরৌ যৌহৌরে হায়ব পাউ থগলে। ঙুমিং অসিদগী হৌদুন "পেনা সেম্নিঙেদ সমুরৌ য়ৌই" হায়ব পাউরৌ হৌর্নি কংলৈপাক্ত চৎনব হৌথি। পাউরৌ অসি চহি লিসিং কয়া মুমব লিরব পৌদাক্তগী লেমহিবসি

রাহম্বোক—(i) রাহম্বোক অমদ থবক অচৌব অম পাংথোক্লব হোৎনবদ থবক অদুদ চংব পোৎলম অম সেম্ররিডৈদ অতে অয়াম্ব লোইসিন্নকপ—সেম্লিব অদুমদি ইরোই লোইদদুন অদুম লৈব মতমদ পাউরৌ অসি সিজিন্নৈ মসিন খুনুংলোলনি।

(ii) ইনুংলোন্দ খণ্ডনরিবদি লাইনিংলম্বীদ পেনা হায়বসি য়াম্ন মরু ওইব অমনি হায়বসিনি। মীওইবগী মিহুল মরোল পেনাদ য়াওরি, রায়েল কান্তি পেনাদ য়াওরি—লাইগী রায়েল মীগী রায়েল মহাক্র ভৌই, সেন—সরীক যাওরি, লাই হিদাক মউ য়াওরি, সমৈ য়াওরি, মকোক য়াওরি—পুম্নমক রায়েল অমমমগী মথাদ হাপ্লিব পোৎচং ওতনি, অমত্ত কায়ব য়াদে। পেনান লাই থেমগৎলি, পেনান লাই হৌদোবই, পেনান লাই নোংগাই, পেনান লাই তেথৈ। রায়েল শুন য়াওব মরম্ন লাই তোংলব মাইখীন লাকহৎলব মতমদ পেনা মচুম থাংগ লাই চম্লিবনি। কবিনোমতং রাৎপদ রায়েল শুদব কৌদুন পেনাদু সিভিন্নব যাদে। অহকপ পেনাগী রারী অসিবু তুংলমচৎতম্নু কাউদনব হায়দুন "পেনা সেম্লিডৈদ সমুরো য়োই" হায়ব পাউরৌ অসি মৈন রায় তাংন ক্ম ঙসিফাওব চৎনহল্লকপনি। মসি ইনুংলোলগী রাহম্বোকনি।

## লাইদি মথৈ ফংলগ হরাওই
## মীদি মথৈ ফংলগ সাউই

লাইনিং পরৈ চেৎপ অখোইব মীওই পোকসিংন লাইনিং কম্বীগী পান্থং য়োরকপ মতমদ ফাওরকপ মঙাল অদু মীচম পুম্নমক্ত মঙাক অদু পুক্নিংদ লৈ হায়ব খণ্ডনব পাউরৌ তৌদুন থনখনি। অয়াম্ব পাউরোদ থায়নগীদি ইনুংলোলগী রাহম্বোক খুনুংলোলগী রাহম্বোক ২/২ চংলি। পলেমচুঈমা, পম্বৌ ঈশা, মালেম-লৈপাক, নোংথৌ-অতিয়া অসুম্ন ইনুং-

লোলগী লোল অমা খুন্নুংলোলগী লোল অমা মরোন ২ নাইন চংপগুম্না পাউরোলদসু হুংগী রাহম্বোক পানগী রাহম্বোক মরোন ২/২ নাইন চংকনি।

(i) ইন্নুংলোল—নাইন তিংবানব অসি সেম্মী। মহাক লৈ হায়ব খুন্ননব তাইবংপান সেমহন তাইবং মীবু মহৈ ওইন পাক্লহনি। মপু মহাক লৈ হায়বসি খুন্নহনগে হায়বগী দমক মীওইব চেক্লগ মাগী তনিংব পনথৈ অমা ফংলগ মপুগী পুক্নিংদ হরাওই। মহুত্তু খুয়াদগী সেংব "লাই হরাউব" কৌই।

মীগী পনথৈদি সিবনি। সোয়ব লৈরবোইদবা মীগী পনথৈ লিব হায়বসিবু থৌরামমক য়াওন পামজব হরাওজব মী লৈব হৌনদে। মসিবু হুংঙাইব পাউরো অমা ওইন পুথোকপনি।

(ii) খুন্নুংলোল—খুন্নুংলোলগী রাহম্বোক মসিদন তাইবং মীওইবগী সাজৎ ওইন মপুংদ সিংথানৈ। মীওইবগী অরুম্ব রাখলদি অরোনব ওইন লোইন থমনৈ। য়ুম পানবগী অরোনব, লম-থুম তান-সিনবগী অরোনব থৌরাং, ললোনবগী হায়দোক্লদব অরোনব, মহৈ তম্বগী মীতোম্নগী হেনগে হায়ব রাখল—পুম্নমক অতোপ্পা মী অমন সিংসিংন হায়দোক্লবদি সাউরোইদবগী রা লৈতে। অরোনব পুক্নিং, অরোনব থবক অমা হায়দোক্লম্বগীদমক ফুনব কোক থুগাইনব মীহাৎ তোয়ন ঊরিব পোং তাক্লনি। মসিবু মীন মথৈ ফংলগ, মথৈ ফংন হায়দোক্লগ সাউব কৌই।

মীওইবগী ওয় তৈনবদ লাইগী অরোন অথুপ খুন্ডলব মী অহুবু লাইন চানি, থৌজানি। মসিবু মীওইবগী মথৈ ফংলগ সাউনিংবহুগ চাংদমহন মীরমচৎপু হুংঙাইব পাউরোল পুথোক্লম্বগী রাতনি। ○

# কাংলোনগী তাইবং

( অসিববু হিংগৎহনবগী কাংলোন লৈত্রা ? )



—কাংজীয়া।

মীওইবগী নৈনব পরিংদ—মীওইবন সিরগ পোকপরা ? মীওইবন সিগে তৌরগ হল্লকপ লৈত্রা ? মীওইবন পুমসি সিরবদ অমুক হিংগৎলকপ যাত্রা ? লোইব নাইদ্রব নৈনবগী অথম্বগী সুংঙাইরব বাহং সিংনি। মসিগী মহুৎদ সিরিবসি কনানো ? সিরিবসি হকচাংলা ? সিরিবসি থৌরায়রা ? নত্রগ হকচাংগ থৌরায়গ অনিমক পুম্ন সিমিন-রিত্রা ? নত্রগ পূমতোপ তোক্ম সিব হায়ব অম লৈত্রা ? সিরব হায়বসিগ অমুক হিংগৎলকপ হায়বসিগ বাতাও চানত্রা ( লোজিকেল ওইত্রা ) ? বাইংসিং অসি নৈনবগী সুংঙাইরব মচাকসিংনি। নৈনরিব মীস্থ সুংঙাই অতাবস্থ সুংঙাই। মসিগী মরক্ত মীদি সিবদু কিরিবনি, কনামত্ত লিনিংব



# মসি মীহোৌরোলগী রাবীনি ) নিংথৌ লানপীচা )



খ্রিস্তন পোকদব চহি চা কয়া রাংলিন্ডৈগী মতমদ কৌবক্রু চীংদ নিংথৌ লানপীচা হায়রবসি পাম্লম্মী। নিংথৌ পিতিংকোইন-তৈম অথে-ম্বী পান্নহন লানপীচা পোকপনি। মীহোৌরোন ইব পুযা লাতম বয়াব লানপীচা নিংথৌবু মুরানিংথৌ অতোনব হায়নস্ত্র কৌই।

লাইনিংব—মুরানিংথৌ অতোনব মতম কুইন লুহোং খোংদোংবগী রা লৈখিদে। কৌবক্রু চীংগী লাইফম পুম্নমক মতম সাংন কোম্নন চত্নুন থোৌগল চৎলম্মী। অরীব মতমদ হেক কৈরম্ব কৌবক চীংগী লাইযম পুম্নমক খিগংখি। অরিব মতমগী কৌংরুদ পানখিব নিংথৌসিংগী মতুংদ মুরানিংথৌ লানপীগা অসি মমিং চৎলি।

মুরানিংথৌগী থুভম—হৌজিক হৌজিক্কী নৌন ফেমদোল্লব কৌবক্রু চীংথক্কী লম্বী মওং অসিদ ষ্লেংলবদি লাইকোম অচৌবদী নোংচুপ পাংবদ সংগাই যুম্নফম অচৌব চৎপগী লম্বী মচিন্দ গুইগুইদুন লৈংায মাম্নন তেম্ব মদোম তরংতরং থিনগত্নুন ময়ুম সাংতক্ল লৈমাংদগী হেংগত্নুন লৈরিব হুংবী অসি মুরানিংথৌ অতোনবগী থুভমনি। মুরানিংথৌ লান-পীচান মুগুথক অসিদ ফমদুন লাই নিংলম্মী, মুগুথক অসিদ লাইগী মঙোল ফংখি হায়দুন ওল্লোক্ল লুন তৌনব থুভমনি। অথেবসিংন থুভম অসিদ মৈরা কংলি, যিরোয় কংলি।

লাংগোলদ লাকপ – কৌবক্রু লাইযম থৌগল মতম সাংন তৌরম্নগ লানপীচান লাংগোল লাইফমসিং অমুক থৌগল চংব বুমথরবখি। কোম্নুং সংগাই সাদুন লাংগোলদ অমুক পাংখি। লৈংরোৎকী মুগু-সমু অসি মুরা অতোনবগী থুভম্মি হায়দুন তসিম্ন খওনরি।

লৈতে। খ্বায়দগী ফিরিব ফিবমু লৈনবদি মহৌসান হুংঙাইযম থোকই। অহিং অথেংবগ তপ্তাগী-তমরাইগী- লাই খুৎসাংবীগী রারী লীনরগ হুংঙাইব অতুগুম্বনি। মহু ফিদব মতম হুংখিলদ লীনরবদি হুংঙাইব ওমদে। পুন্সিনস্ম এান ফিরিব সিবগী মরমদ লৈনব হুংঙাই।

বনান কবি লৈনৈ পুন্সিবু লৈনব কাংলম কয়া লৈ। মপুংম বযাৎলোম্ন (ফিজিওলোজিন) হকচাংগী বয়াৎসিংবু লৈনৈ। পুন্সি- কাংলোম্ন (বাইওলোজিন) হিংবগী কাংলোনসিংবু লৈনৈ। পুন্সি- কা লে ন্দ অমুক পাম্বীরোম্ন (বোতানি) পাম্বী ওইন হিংলিবসিংবু লৈনৈ। থোরায়পানবসিংবু হকচাং-কাংলোম্ন (জুলোজিন) লৈনৈ। পুক্নিংগী সরুক পুক্নিংলোন্ন (সাইকোলোজিন) লৈনৈ।

মীওইবগী পুন্সিগী পোৎচাকসিং পোৎলমসিংন পুন্সি-পোৎচাকলোন্ন (বাইওকেমিস্ত্রিন) লৈনৈ। বাইওকেমিস্ত্রি হায়বসি কয়ৎলোন (ফিজিওলোজি) অমসুং পুক্নিংলোনগ (সাইকোলোজিগ) অনি অসিগ নক্নব মরী লৈনৈ। মরম অসিন হিংব সিবগী মনুংগী ঈচেল অসিবু অরোয়বগী পুন্সি পোৎচাকলোন (বাইওকেমিস্ত্রি) অসিন লৈনৈ।

কংলৈচাসিংগী কাংলোন—সিরব মীবু হিংগৎহনবগী কাংলোন অসি কংলৈচাসিংগী লৌসিংগী পুক্কৈদম্ম লৈরম্মী। মোইরাং কংলৈরোম্দ থম্বন সিরবদ, মিহুল মাংপ্রবদ, ঈন ঈসিং ওন্দুন মৈসা লোইথিদুন থোরায়গ হকচাংগ থাইনরবদ সনাং মাইব তাক্নন অমুক হন্ন থোরায় মিকোন্দুন তাইবংপান্দ হিংগৎহনখি।

হেনজুনহা লাইরোরেম্বীন সিকরব তুংদ অমুক হিংলাত্তুনা তাইবং- পানবগী কুমহৈ রাওরমথিব রারী কয়া কংলৈরোম্দ লৈরি। নোংবাল পোম্বী রুরাউবগী রারীদ থোঙারেন্দগী থোরায় নিহুন সিকরব তাইবং হকচাংদ অমুক হন্ন থোরায় চন্থ্রুন হিংগৎখি। পুম্নমক অসি কাংলোন অম

লৈরি হায়বগী অসম খুদমি। হৌজিকফাওবদ থৌরায়-মিকোনষ ওষ অমাইব অমাইবীসিংন থৌরায় মিৎেল .কাষুন সিরবা মীদ্ হিংগৎহনবগী থৌদোক খরদি মরৈরি।

নৈনব-পুন্সি হায়বসি অপোবদ হকচাংগ পুক্নিং-থৌরায়গ অনি অসিন ওইবনি। অমুক হন্ন কুপথন থুগায়রগ পুন্সি অসি—হকচাং, পুক্নিং অমসুং থৌরায় অহুম্ন সাবনি। হকচাংগ থৌরায়গ থাইনরক মৎমদ পুক্নিং অসিসু হকচাংদগী চৎখি, রাখল মাঙখি। মসক উদব থৌরায়ন হকচাংবু থাদোক্তুনা চৎত্রব মতমদ সিব ওই। অহুনদি হকচাং অসিদ মতম খর লৈরুত্রব থৌরায অসি মিনিং য়াম্ন কাম্নহন্দন নত্রগ অতেনব মতমগী মতুংদ অমুক হন্ন হকচাংদ হনজিনহনব ঙম্নবদি সিরব মী অহু পুক্নিংগী পাঙ্গল লাকনি। অসুম পুক্নিং-হকচাং-থৌরায অমুক পুন্ন থংক তৌমিন্নরক্নি। অসিগুম্ব থৌরায়গী থোঙচৎ অসিবু থৌরায-মি কোনব, থৌরায় মি কৌসি-নব অসুম্ন খঙনখিবতনি। মিকোন্নোন অসি থাজনিংঙাই মরম ৱয়ামকম লৈ।

সোভিয়েৎ রুসিয়াগী দাঃ সিংন খ্মাং চাওসিনব-সিরব মতুংদ হিংগৎহনব অসি কংলৈচাসিংগী হারীদত লৈব নত্তে। মালেমসিগী অথঙ অহৈ কয়াগী হারীদ লৈখ্রে। সিরব মতুংদ হিংগৎহনবগী চাংয়েং অসি মালেমসিগী মতুংদ সোভিয়েৎ রুসিয়াগী দাঃ সিংন খ্বায়দগী খুমাং চাওসিল্লি। সোভিয়েৎকী দাঃ কয়ান মাগী মাগী অনাব কয়া পুমসি সিরব তুংদ অমুক হন্ন হিংগৎহনবদ চাংয়েং য়াম্ন মায় পাকখ্রে।

খুদম অমথক পনব ভারবদি মায় পাক্ন পাংথোকখ্রব দাঃ ভি, এ, দেগোস্কিগী চাংয়েং অহুমরক্সু মপুং ফারব পাউদম অমনি।

## ( লৈবাক ঙাক্লোন্দ অথন্নবসিং )

লৈপাক ঙাক্লোন্দ পাল্লিব সরকারগী মকোকসিংবু নমহূন তোকহনব লৈঙাক্লোন নমহূন মুনব কুপ তৌহূন পায়সিনহিবগী খ্বাইদগী ওয়ম থোকপ থৌথোক অসি বোলিভিয়া লৈপাক্ত মতম খঙজিত্তংগী মতুংদ খ্বায়দগী মসীং হেন্না থোকখি। বোলিভিয়া লৈপাক্ত নিংতম্ব ফংবসি খ্রিঃ ১৮২৫ দনি। ১৮২৫ দগী ১৯৮৪ ফাওব চহি ১৫৯ অসিগী মতুংদ নমহূন লৈঙাক্লোন মুনব কুপ তৌখিব অসি মসীং ১৯০ লক ওইখি। খ্বায়দগী অকোনব লানমীন কুপ তৌহূন সরবাব মুনখিব অসি ১৯৮৪ দনি। বোলিভিয়াগী মতমমতুংগী প্রেসিদেন্ত হেরমন সাইলস জুবাজোবু মসাগী চহি ৭০ সুবদ থুংলাই পায়ব মীওই ৬০ ন যাহূন ( বিদ্রোহ তৌহূন ) লৈঙাক লোয়সংদগী পুখি। চহি ১৫৯ খক্তংগী মতুংদ অমুক্ত লৈঙাকলোন নমহূন মুনখিবগী থৌথোক অসি ১৯০ সুহূন মালেমসিগী অথন্নব ওইরি।

খ্বায়দগী চাউব মীথলদি ( ইলেক্সন্দি ) হৌজিক ফাওবদ ভারতকী দিসেম্বর ২৪, ১৯৮৪ ইংদ পাংথোকখিব লোক সভাগী মীথল অসিনি। সিং ৫৪২ লৈব ভারতকী লোক সভাগী মীথলদ কেন্দিদেৎ ৫,৩০১ লাম্বা তৌখি। পোল্লিং মফম ৪,৮০,০০০ দ ভোৎ থাদনখি। মীথলসিদ সিজিন্নখিব লৈঙাক লোয়নসংগী মীওইসিংগী মসীংনা মিলিয়ন ২½ নি ( ২০, ০৫,০০০ নি )।

নাকল নামথক্তন পুন্নপ্ন ভোৎ হৈথবগী খ্বায়দগী অথোইব মীথলদি ১৯৬২ ইংদ নোর্থ কোরিয়াদ থোকখিব অসিন মালেম পুম্নমকী অহান্নবনি। নোর্থ কোরিয়াদ ১৯৬২ গী মীথলদ ৱার্কর্স পার্তি অফ কোরিয়া মীহুৎন ওংকোবর চৈচৎ ৪ দ তৌখিব জেনরেল ইলেক্সন্দ ভোতর ১০০% ভোৎ থাদবদ ১০০% ফংহূন কাব ঙমখি।

চাংয়েং অমগী সমল্প রাবী—ইন্সতিত্যুৎ ওফ দেফিব্রিলেসন এন্দ রিসরেজ্ঞগী চাংয়েং-কা মন্নুংদ দাঃ ভি, এ, নেগোস্কিন সিরব হুই অমবু হিংগৎহনখি। হুই অমবু সিংলী ময়াম ফেল ওইহন্দুনা, ঈগী মচং-সিং চিথোক্লুনা সিহল্লম্মী। হুই অদু নিংসা হোনব পুম লপ লেপখিরম্মী. রদ প্রেশরন জিরো য়ৌনা হন্থরক্লুনা প্রেসর পুম্নমক অমত্তা য়াওরদে। সিবগী অরোইবা থুদমসিংগী মনুংদ অম ওইবিব কোর্নিয়েল রিফ্লেক্স (Corneal reflex) অসি পুংমাত্ত মাঙখিবম্মী। ব্রেনগী ইলেকত্রিকেল এক্তিভিতিজ পুম্নমক লোইনা মাঙখিরম্মী। হুই অসি পুংসি সিদুনা লৈরম্মী। ইন্সতিত্যুৎ ওক দিঃ এন্দ আবঃগী দাঃ সিংদ হুই অসিব অদু নিংখিন সিরে হায়বগী থুদম পুম্নমক কংদুনা সিবগী লাউথোকপ অদু পিরম্মী।

মিনিং ৫ রোমগী মতুংদ দা ভি, এ নেগোস্কিন নর্সিংদ আর্তিফি-সিয়েল রেসপিরেসন (থুংসেমগী নিংসা হোলহনব) পিহল্লম্মী। হুই অদুগী ঈ অদুদ অনৌবা থোরায় হাপ্নবা ইপিনেফ্রাইন স্তিমুলেন্ত অম ইনজেক্সন পিরম্মী। পুংথায় অম মথরায় হনজিনহন্নবগী কাংলোনসিং চথরবা তুংদ হুই অসিগী সিরুরব ঈসিং অদু হিংগৎলক্লম্মী। য়াম্না তপ্না নিংসা হাল্লক্লম্মী, মিহুল পুম্নমক অমুক হন্না তপ্না তপ্না হল্লকখিরম্মী। হুই অসিগী ঈদ সরুক ৪ থোকপগী ৩ $(\frac{3}{4})$ হিংগৎহল্লবা মতুংদ হুই অসি হিংগৎলক্লম্মী, মমৈ হাইরক্লম্মী। মমৈথংদ ওকোয়বদ লৈহ্রিব মীসিং অদুদ মখিৎ অনিমক পাংথোক্লগ রেংন ম্লম্মী। অদুম্না চাংয়েং অসিদ সিরব হুই অদু অমুক হিংগৎলকপগী কাংলোন অসি মায় পাকখি।

রবোই চাংয়েং অসিগী রারোই ওইনা মতম সাংনা কাম্নবমক নত্রবদি হিংগৎপদ মতিক চারিব সিরব হকচাং অম অমুক হিংগৎহনব অসি চুম্নগী রাথলগী মঙলান ১ নত্তে, তসেংনা কাংলোম য়ারব অচুম্বা অমনি হায়বসি মীয়াম য়ানখি।

ইউ, এস, এ. দ অসিব হিংগৎহনবগী থারী—ইউ, এস, ইয়ার্ফোর্স রিসার্স এন্দ দিভলপমেন্ত কম্মান্দগী মখাদ লৈব দাইরেক্তর ওফ লাইফ সাইন্সকী ব্রিগেদিয়ার জেনরেল দোন ফ্লিকিনজরনা অসিব হকচাংন অমুক হন্না হিংগৎনকপগী মিৎন উব, মসামক য়াওন পাংথোকথিব চাংয়েং কয়াগী রারোল ওফিসিয়েল ওইন অইবদ পিথি।

অস্থুম অসিব হিংগৎহনবগী মায় পাক্লব চাংয়েং কয়া অসি তানবদগী মালেমসিগী লৈপাক কয়াদস্থু কাংলোন থওব অথও অহৈসিংন মাগী মাগী লৈপাক্ত চাং কযামুক পাংথোক্লখি। ঙসিদি অসিব হকচাংন অমুক হিংগৎহন্মুন মতম সাংন হিংহন লৈথিবগী মিৎন উব থুদম কয়া লৈত্রে।

বাবোইসিন -পূন্সি-পোকচাকলোন (বাইও কেমিস্ত্রি) অসি নৌন পোক্লকপ কাংলোন (সাইন্স) অমনি। অত্থুবু কাংলোন অসিদ থিজিন হৎজিনবগী থুমাঙ চাওসিনকপ অসিন নৌন পোক্লক্লিব কাংলোন অসিন কান্না কান্নরব লৌসিংগী অনৌব পুক্কৈ কয় নোংম নোংমগী হাংদোরক্লি। অনৌব হাংদোকপ লৌসিংগী পুক্কৈসিংগী মহুংদ মীওইবন য়ায় পুক্লিং থিংজিন্নরিব ওইথোক্তবগুম থন্নরম্লিব অসিব হকচাংন হিংগৎলকপগী শ্রাংকক অসি অথন্নব অমনি। মসি মতমান অদুখক ওইত্রে, কাংলোন অম ওইরবনি।

থিজিন হৎজিনব রাৎপ লৈপাক্ল খ্বায়দগী হম্বব থাক্ত লৈরি। ওইথোক্তব মায়ম কয়া রাথল লৈত্তবগী তাইবংদগী চিংথোরক্তুন লৌসিংগী তাইবংদ তিন্নথিনি পুন্নমক হোৎনবগী থুদোকনি, দেপ্তন চাংয়েং হৌরকপগী মহৈ অমনি। ঐখোয়গী অমুক হেন্না থিজিনবদ চংসিনগদব রাৎলিবসি—(i) হকচাংদগী হৌন হিংগৎহনবগী কাংলোন চৎথন্নিব মপান্নোমদগী হৌব অসিন (ii) মুংদগী হিংগৎহনব হৌরকপগ অনিম্নুব থাক্ত মপানগী হকচাং পোন্নাং অসি হিংগৎলকপ অসিগ—হিংগৎহন্নবগী লম্বী ২ লৈরিবসিগী উন্নথম মথম অহুনি।

পুক্সিং-কাংলোনগী লাতম

# পুক্সিংন হকচাংবু করম্ম চোবথহল্লি

( ২ সুব সরুক )

হকচাং অমম্মুং পুক্সিংগী মরী অসি অম্মুক্কী মতিক নক্লে। মমাংগী চেকোংদ হকচাংন চোকথরকপগী মওং কয়া নৈনখ্রে। মীওইবগী পুন্সি অসি পুক্সিং অমম্মুং হকচাংগী কুমহৈ ওাক্তনি। পুক্সিং হায়বসিন অরাবগী লম্বী কয়া হকচাংদ পিব ওম্মী। হকচাংনসু পুক্সিংবু ওমথে লাইদন য়াহনব ওম্মী। চোকথব হায়বসিন মরম পুম্মমক সোবহল্লি, পুন্সি অসি চোকথদন মাওহনবসু ওম্মী। য়ৌজিক পুক্সিংন চোকথনবগী মচাক কয়া পিরকপগী ভাংকক অমথক নৈনরি।

কোক্কী লেম্ফু-পুক্সিংগীসু হকচাংগীসু কোক্কী লেম্ফু অসিন থাবদগী মরু ওইব মফমনি। কোক্কী লেম্ফু অসিন থবক থায়দগী হেন্না তৌই। মরমদি পুক্সিংগী থবক অমম্মুং হকচাংগী থবক কয়া পুম্ম কোক্কী লেম্ফুন পুই।

(1) কোক্কী লেম্ফু অসি হকচাং পুম্মমক্কী সরুক ১০০ থোকপগী ২ ওই। লেম্ফুগী চাউবগী চাংদি য়াম্ম পিকই, ২% হায়বসি অপিকপ চাংনি। অদুবু ঈবু সিজিন্নবগী চাংদি চাউবদ ২% দং ওইব কোক্কী লেম্ফুন ১৪% ( ১০০ দ ১৪ ) ঈচেলবু সিজিন্নৈ। হম্মেন মুংসিং ( ওক্সিজেন ) চাদিং থোৌবগী চাংসু চাউবগী মতুং ইন্না হকচাংগী ২% ওইবম লেম্ফুন য়াম্ম হেন্না ২৩% ( ১০০ দ ২৩ ) য়ৌন সিজিন্নৈ। অদুগ হকচাংগী নিংগী সরুক সিজিন্নবসু য়াম্ম য়াংন লৈ।

চাউবগী চাংদ হকচাংগী ২% দং ওইব কোকী লেম্ফু অসিন ১৪% গী ঈচেল সিজিন্নরিব, হম্লেন (ওক্সিজেন) ২৩% গী চাংদ সিজিন্নরিব অহুগ চিনিগী চাং য়াংন সিজিন্নরিব অসিন তাকপদি কোকী লেম্ফু (ব্রেন) অসি য়াম্না মরু ওইথুব পুক্সিগী সরুক অমনি হায়বনি।

(ii) কোকী লেম্ফু অসিন অসুকী মতিক ঈ, হম্লেন চুজিং অমদি চিনিগী সরুক চাদিং তৌরিবসি করিগীনো? লেম্ফুদি চেন্দুন চোংদুন সাম্নবু ময়ে! লেম্ফুন তরম্ব থাংদসু নত্তে। মসিগী পাউথুমদি কোকী লেম্ফুন থবক ওইন অতুম্বক পিজে।

লেম্ফুন হম্লেন মুংসিত্ত (ওক্সিজেন্দ) য়াওব পোৎচাকী পাঙলসিংবু নোংথাংগী রেভ (ইলেকত্রিকেল রেভ) ওন্থোক্তুন হকচাংগী মথৌ পাং-থোক্লব থাদোরকই। পোৎচাকী পাঙলবু (কেমিকেল ইনর্জিবু) নোংথাংগী রেভ ওন্থোকপদা নত্তন লিংলীসিংদ ইহুল পিদুন সিংলীসিংবু মথৌ তৌহল্লি।

অসুম্ন হকচাংদ য়াওব চিনিগী সরুকপুম্নু নোংথাংগী পাঙল অমসুং লিংলীসিংগী ঈহুল ওন্থোকহন্দুন হিংনবগী লম্বীদ কোকী লেম্ফুন থৌদাং চাউন লৌরি।

(iii) লেম্ফু অসিগী মসাগী থাক্তুন থমজব চিনিগী সরুক লৈতে, হম্লেনগী (ওক্সিজেনগী) সরুকপু য়োক্তুন মসাগী লৈতে। মরম অদুন ঈগী ঈচেলদ য়াওব চিনি অমসুং হম্লেনবু মতম পুম্নমক্ত লেম্ফুন লৌই। মরম অদুন হকচাংগী সরুক ২% দং ওইব লেম্ফু অসিন ঈগী ঈচেল ১০০ দ ১৪ লিজিন্নরিবামি।

কোক-লেম্ফুন হকচাংবু চোকথহল্লকপ—কোক-লেম্ফুন হকচাংবু চোকথহল্লকপ অসি মরম চাউন লৈ। চোকথহল্লকপ তাংবক থরদি পুক্সিবু কন্নবগীদমক্তি।

লোনস্নুম – কংলৈলোলদ য়াহৈ অম সাগৎপদ চংলিব মহক, চৈতন অমস্নুং ময়েক পুনসিন্নবগী থুদম ৩ অসিগী মথক্ত লোলবু স্নুমজিনব থঙহনব ৪ স্নুব মচল অম য়াওরিব অসিবু "লোনস্নুম" কৌই। সংসক্রিৎ লোলদ "হসন্ত" হায়রিবসি কংলৈলোল অরিবদ "লোনস্নুম" কৌই। থুদম ওইনা ৎ, ক্, ল্, ম্, অসিনচিংব অসি লোনস্নুমগী মচুং চল্লি। "চৎপ" হায়ব য়াহৈদ "ৎ" অসি লোনস্নুমনি।

চৈসীং—অরিব কংলৈলোলদ মসীং থিবদ সিজিন্নরিব ময়েকসিংবু "চৈসীং" কৌই। সংসক্রিৎ লোলদ "অঙ্ক" মহক, ইংলিস লোলদ নিউমরিকেলসিং অসিবু চৈসীং কৌই। মপূং ফান হায়দোক্লস "চৈসীং ঈয়েক" হায়নস্নু পুথাদ সিজিন্নরম্মী।

লোনচন - য়াহৈ অম সাগৎপদ চংলিব মহক, চৈতন, লোনস্নুম অমস্নুং পুজিন্নবগী অপুন-ঈয়েক ময়াম অসি পুল্লগ ওন ওন্দুনা য়াহৈ সেম্ব-ইবগী কাংলোনবু "লোনচন-কাংলোন" কৌই। সংসক্রিৎ লোলদ 'বানান,' ইংলিসত "স্পেলিং" কৌনরিব অসিবু লোনচন হায়রগ অরিব পুয়াদ চৎনরম্মী।

## অরিব লোলগী অনৌবদ হল্লোকপ

(i) কুমজা অসিদি অপোক লীহুইব কুংথ্রেদা।
চহি অসিদি অতাং পোকপগী মসীং য়ামখ্রেদ।

(ii) অমন পিথোক্নবু করিগীস্নু মশ্বিনবনো ?
অসিব পোৎলোইববু করিগী মমল খিনকগবনো ?

(iii) ই:য়াং কাংবা মকাংদি হোৱন হোপাইহনগনো।
ইয়োংফি সাবদি চরন চরন সাজিনগনু।

(i) কোক-লেম্ফুন হকচাংগী হিংনবগী লম্বীদ চিনিগী সরুক অমদি হুয়েনগী চাং য়াম্না সিজিন্নহনবা লৈ চংলিব চাং অসি মিরিং থরদং ফংলক্কবদ রাখল লৌসিং মাঙলকনি, ঘামপক ভাহন রাম্বকনি। মসিনা মিনিং ৮ থক্কং অচংব মচাক ২ অসি ফংদবদ কোকী লেম্ফুদ লৈব ব্রেন-সেলসিংদ হান্নমিংঙাই লৈতন অমাঙ অতা থোকহল্লি। মতম কুইসিল্লক্লবদি মী অহু সিগনি।

(ii) অসিগুম্ব পুক্সি মাঙব য়াব থোথোক অসিদগী কল্লনবগীদমক্ত হকচাংগী চিনিগী সরুক রাংলল্লব মতমদ নত্রণ হুয়েন (ওক্সিজেন) রাংল-ক্লব মতমদ হকচাং কয়াংসিংদ চোকথহন্দ্রন অকনব থবক তৌ ন্দনব, রাংলক্লিব চাং অসি সিজিন্নথোক্তনব "চোকথব" হায়বা রার্নিং অসি পিবকই। চোকথবগী চেকসিল-খুদম পিরক্লবদি হবচাংনা কা হেনব থবক অকনব তৌনিংলক্তে। অসুম্না রাংলব মচাক অসিন মরম ওইহনা য়াম্না থুনা পুক্সিদ অমাঙব থোরকপ য়াব অহুদগী চোকথহল্লকপ অসিন কয়া।

মরম অহুন "চোকথব" হায়বসি কোকী লেম্ফুন পিবকপ চেকসিন-খুদম "রেদ সিগনেল" অমনি। মসিন লেম্ফুন হকচাং কয়াংসিংবু চোকথহল্লকপগী রাথৌনি।

**পুক্সিং-ইথক্ক চোকথহল্লকপ** - পুক্সিংগী মুংসাংব, পুক্সিং খোইরাং খোংসাওনব, নিংব কায়ব, অকিব কয়া লৈব্ব মীওইসিংন পুক্সিংগী ইথক য়াম্না লৈব মীসিংদগী মসা ফব হেন্নি, ঈসা ভাকথোক্লবনী পাঙ্গল য়াম্না হেন্না লৈ। মতম অহুন থায়নগী ঈপা ঈপুসিং অদন হৌজিকী মীসিংদগী হক-চাংগী মসা ভাকথোক্লবগী পাঙ্গল য়াম্না হেন্না লৈরম্মী। মখোয়দি হৌজিকী মুংসাংব রাংলগী চাং অসিদগী য়াম্না তাথে। থেম্বসিং অসিগী মরম লৈতব নত্তে।

(i) য়েক্কবগ থেংনব তারকপ অমদি খুদোংথিবা মাংদ লৈরব মতমদ নত্রণ অকিব অমদি অসাউব য়াম্না লৈরব মতমদ মীওইবগী হকচাংগী এড্রি-

মেল গ্লান্দ ময়াম অসিন কয়াংসিংসিদগী খোয়রকপ মহী (এদ্রিনেলিন) অসি চাং হেন্না থোকহল্লি। এদ্রিনেলিন অসিন ঈগী ঈচেলদ ভিনথুগ থম্মোয়গী চোংবগী চাং (রেং ওপ হার্ত বিতিং) হেনগৎহল্লি, নিংসা হোন্দোক হোনজিল থ্রজিল্লকই, মিহুল দিং দিং চোংথৎহল্লি। থম্মোয় হকচাংগী মকলসিংদ (মসলসিংদ) ঈ হেন্না চেমসিল্লকই। কোকী লেম্ফ্রন হুম্নেন (ওক্সিজেন) চাং হেন্না পিথরকই। হকচাংগী ফিরাক্তগী (লিভরগী তুংসিন্দুন লৈব চিনিগী চাং হেন্না পিথরকই। হেন্না থাদোয়রকপ পাঙ্গলগী চাং অসিন য়েক্নবগ থেংনবা অহেনবা পাঙ্গল পিরকই, অকিবদগী ভাক-থোকচনবগী অহেনবা পাঙ্গল পিরকই। অসিগুম্ব অহেনবা পাঙ্গল অসিন চুন্না ফুকপ ঙম্নরোইদব লৈপাক চংহুন লৈব মুঙহুম চেক্রম ফাওব ইলাই লাইন ফুক্তুন লংব ঙমহল্লি।

(ii) ঙসিগী হিংবগী ফিভম লুসিল্লরুব মতম অসিদদি ঙৈহাক লৈতন সাউনিংব, অকিব, মুংনাংব, মিশাইব ঙৈহাক লৈতন থোকপ মরম অহেনব এদ্রিনেলিনগী চাং অসি ঙৈহাক লৈতন থোকহল্লি। ঙৈহাক লৈতন অরেম্বদ মাঙহল্লি।

তুংসিন্দুন লৈব থবোন্বীগী চিনিগী সরুক, ওক্সিজেনগী সরুক অমদি এদ্রিনেল গ্লান্দসিংগী তুংসিন্দুন লৈব পাঙ্গলসিং তোয়ন সিজিন্নথোকপ মরম্ন য়াম্ন থুন চাং হুম্বরকই। মরম অহুন ঈসা ভাকাথোক্লবগী অহেনব পাঙ্গল মাঙথরকই।

অম্নুম্ন মমৈ থংদ মতম অম্নাম্বদ চোকথহুনতা লৈগনবগী ফত্তব পুন্সিগী মওং অসি সেমগৎলকই। কনাগুম্ব কনাগুম্বীসিংগী পুন্সিদদি ইচোক চোকথহুন লৈব অসিন হৈনিং সিংনিংদব পুন্সি মথল অম ওন্নক্নন থৌদাং অচৌবসিংবু নিংথিন পাংথোকপ ঙমহন্দে। পুক্নিং-ইথকসিংন পুন্সিবু চোকথগনয় অম ওইহনবগী বারী মপুং অহু মথকী লম্বী অসিদগী ওইহল্লক-পনি। মসি পুন্সিগী মায়থিব অমনি হায়ন লৌব তাই।



'মৈয়া নৈনব লেতন ॥

# মাইবরোন পুয়া নৈনব

অনম-অথৌ কোকপ

( ১ সুব সরুক )

অনম-অথৌ কোকপ হায়ব অসি কংলৈপাক্তদি থংদোক্লব য়াত্রব থৌরম অমনি। লাই হরাওবদ অনম-অথৌ কোকত্রবদি থৌরম অমত্তা পাংথোকপ য়াদে। য়ুমগী লাই সনামহী লৈমরেলনচিংন কম্বা'ল য়াবদ অনম অথৌ কোকত্রবদি যাদে। য়ুমগী ফত্ত হৌদি, লাংফম ফত্তব, অঙাং

লমাই ২৯০৮ খৃঃ মখা

অনাবন চোকথব ফাওহনব মওং— মীওইবন নায়িডৈ মতমদ নারমদাই অমম্বুং লায়না অমন নাক্লবঘ মতুংদ চোকথব ফাওই। হকচাংদ লায়না অম লৈ'রডৈ মতম অসিদ হকচাংগী ঙাকথোক্লবগী পাঙল-লিং অসি অনাবদু লাম্থেংনবদ চংথি। অনাব অদু থেংননব হোংনবদ ফুংসিন্দুন লৈ'রা হকচাংগী মতৌং মথৌ অয়াম্ব থোমগত্তুনা সিজিম্থোকখিব অরম অফব চিঙাক চাসিল্লবসু হকচাং অসি চোকথপনি। পুক্লিংগী ইহৎলসু নায়িডৈ মতমদদি অফব ওইহন্দে।

( — মথং চেফোংদ "পুক্লিদ চোকথব করম্ম ঙাকথোকনি" হায়বগী ভাংকক অদু কংবিগনি। )

মটহ্ ভগ হৌগৎপ, লায় থৌরম, লুহোংব, ঈশান-থাব, হৈজিংপোৎ, অপো-কপ খুরুম্ব, সাগেগী যুমদাব পুয়া পাব ইব অমদি কোৎকী লাই খুরুম্বনচিংব ভৎন থাগব য়াত্রব থৌরম পুম্নমক অনম অথৌ কোকপ হায়বসি চংই।

"পোংথৌরোল" পুয়াদ ঈরাৎ ঈপোলগী লাইরোল কয়া য়াওরি। তোপ্প ইবদ পুরৈরোম্ব নাহৈরোন, ঈক লাইসোন, যুমলাই নাকাসং সনা-মহী অঙোংলোন, অতাই লাইসোলনচিংব খুৎই লাইরিক কয়া অমম্ব লৈরি। অসিগুম্ব পৌরমগী খুৎই লাংরিকসিং অসিদগী অনম-অথৌ কোকপগী লাইরোলসিং অসি সৎকৎলগ সিজিন্নরম্বনি।

পুরৈরোম্ব নাহৈরোল- অনম অথৌ কোকপ অয়াম্বদ পুরৈরোম্ব নাহৈরোল অসি চংই। লাইদ কৎলিব হৈরম-লৈরঙ, তাউজিং খুৎফাং ন ইব, চে. হৈবনচিংবগী পোৎলম পুম্নমক পুরৈরোম্ব নাহৈরোলন তাইরেন পুংফাই পায়দুন থিকফেন চায়রগ অনম অথৌ কোকই। পোলমসিংবু সেংদোকই।

পুরৈরোম্ব নাহৈরোল অসি মী সেংদোকপদ তোয়ন সিজিন্নগদব লাইরোল অমনি। অঙাও-অফৈন নারব, ভূকক ভূফাই চন্নব, লৈয়েং ফাইরব, মরোল মরি থোঙদুন লাইঈনরম্ব অমদি লমলৈম ওল্লদুন লম্লাই থেংমজন চোইরোল লোন্ন নারব মতমদম্ব লাইরোল অসিন অনম-অথৌ কোকপদ সিজিন্নৈ। লমহাং লম্লক অহিং য়াংকপ তারবদ লম অত্থু অনম-অথৌ কোকপন সেংদোকপদম্ব পুরৈরোম্ব নাহৈরোল অসি সিজিন্নব য়াই। মীওইবন য়াথল লৌসিং ময়া হৌজব মতমদম্ব য়াথল লৌসিং চংথোন্নবব লাইরোল অসিন তাইরেন পুংফাইগ লোয়নন হাইদোক্নরি।

লাইরোলগী মওং—পুরৈরোম্ব নাহৈরোল অসিগী মপুং ওইব মওংদি লৈসেম্নকপ মতমদগী মথং মথং ঙ-য়া, সা-ঙা, থোংলি-লাউজিব

পুন্নমক্ক য়াকায়রকপ অমদি মালেম অসি তৌখায়হুম মীওইবনা মহৈ মরোং থানব সিজিন্নব হৌরকপদগীন লাইরা ওইনা ফেন্ন মথং মথং শীংথারকই। মহুন ঈবুধৌ পুরৈরোম্বন অওক অতাও হৌন লিনকপ সিনকায় হৌন নাবদগী তাইরেন পুংকাইনা নাহৈংন ফরকপ মরোল মরী থোরকপ ব.শল লৌসিং লাকপ অমদি অকোয়বদ লৈরিক পুন্নমকপু য়াওনা অমাং অসোয় পুন্নমক সেংদোক্তুনা যাইফব, ভিনসেংব লাইসেংব ওইরকপগী তাংকক কাওব সোল্লি। লাইরোল অসিন অতাওবগী লাইয়েংবদকাংব সিজিন্ন-নবগী কাংলোন লৈ।

লাইমিং নিংথিন ফংলব, লাইমং লোন্নব শীবা নত্রগ চহুরাশিংন পুরৈরোম্ব নাহৈরোল অসি ঊজা নাইদুন খওজরবদি ঈসাগী অমদি ঐগী ঐগী য়ুমশীত নতন মী অতৈগীসু কোকথোক চামথোকপিব ওমতুন থুনাই অসিদ কান্নব মীওই অম ওহরকনি। ফত-হৌদি অনম অথৌ কোকথোক চাবথোকপ হাবখলি লৌলিং তামথংলিব য়াইফব তাজিব পুন্সি পুন্নমক্ক চংদব য়াত্রব ঈথৌ অমনি। লাইরোল অমদি হিকাপ-য়াইবাপ্প অমদি অঙ্গব অকনব লাইকয়াচংবদ কাওব কোকথোক চামথোক্কবগী দমক সিজন্নব য়াব কান্নব নাহৈরোল অমনি।

পোংথৌরোল—অনম অথৌ কোকপ মতমদ পোংথৌরোল অসি য়াওন লোন্নবদি করিওম থৌরম অম শাংথোকচরিব থৌব ওইকরিব শীবা চহুয়াসিং অহু য়াইফব ওই। মথোংগী মসাদ লোম্হুন লৈরম্নব পুন্সিগী মতৌং হেনগংলি। অনৌব পাজল ফংজহুন অনৌব পুন্সিগী থৌদাং ম্নাবদ মায় পাকই হায়হুন পোংথৌরোলবু অনম অথৌ কোকপগী কাংলোন্দ মায়চৌসিংন শীংথারম্মী।

মওং—পোংথৌরোল লাইরোলগী অপৌব মওংদি মীওইবগী মপাজল ময়াইসিংবু লাইরোলন থৌদোক্নুন, হুমহুন লৈব মপাজল-

ময়াইবু হৌদোকপিহুন- নোংমগী অমসুং কুমজা অহুমগী মাইকৈ, মথৌদাং পাংথোকপদ মায় পাকপ ওইজব ওম্‌ব থৌদোক-মান মায়োই-লিন পিব অসিনি।

লাইরোল অসিন মীওইবকব অনম অথৌ কোকপ মতে চুমিংপুম্ন থাবাবুম্ন, কোইরৌ নোংজাবুম্ন, কুমজাবুম্ন, লাইবুম্ন মীবুম্ন তুন থোকদ লাম্বা লৈত্তব ওইহুন লাকই।

ঈরু লাইসোল –ঈরু লাইসোল হায়বসি অনম অথৌ বোকপদ সেংদোকপ চামথোকপগী থবক্ত লাম্বা লৈত্রব লাইরোল অমনি। লাই-রোল অসিন ঊহৈ-রাহৈ, হৈ ল ফিরোয়-ফিজাম, কম্বী-তেলাং, চাইসেল, ঈরাংফু, ঈসাইকু, ল'ইগী কম্বাল, মীগী মলা, মফি ..রাল পুম্নমক ঈরুজবদ সেংবগুম্ন সেংদোকপ ঙম্মী। খঙদহুন অমাংব ফি .রাল অম য়াওরবদ ঈরু লাই'সালন ঈসিংদ স্থু চামহুন সেংদোকপগুম্ন কো - থোক চামথোকপ ঙম্মী।

মওং ঈরু লাইসোলগী অপোয় মওং'দ থকৌ, খাগী, ময়াঙগী, লৈচিল নোংফাই মরক্ত লৈব লাইজ মরম থিখিকী মমিংবু সীংথাহুন কৌরগ থোরম মকমদ লৈরিব পোৎলম চৈরম পুম্নমকপু পুমসেং সেংহন্দুনে লাইরেম্বী লাইমেম্ন কয়াগী মাইকরোল লৌজবনি। ঈরু লাইসোল হেক লোনবগ লাই ভীল থুরমজনবগী পুক্লিং পুমসেং সেংলে, চি'নব পুমকোক কোক্লে। লাইথৌ অহু পাংথোকচবদ পুক্লিংদ নিংজিং মাং'জংনব পুমকোক কোকনৈ। মসিগীদমক থোরম অম তৌবগী অনম অথৌ কোকপ মতমদ মায়চৌসিংন "ঈরু লাইসোল" অসি ফাব উজা নাইন হৌনবী কাংলোন পাংথোক্লুন তমহৌব অমাইব থন্দুন তৌহন্নরম্মী।

**উজা নাইব হায়বদি করিনো?**—কাংলোন অম তম খুদিংদ উজা নাইব, সিত্তাকপীব নাইন কাংলোন লৌরকপ হায়ব অম লৈরি। —মথাদি লমাই ৩০১৫ দা

# সিদ-হীদাক

## ( চক্ষুৎ )

চক্ষুৎ কংলৈপাকদি য়েনসাং মথেল অমনি। চাকচা-হৈজানবদ চক্ষুৎ য়াওদব লৈতে। মীওইবগী দি কংলৈচাসিংগী চক্ষুৎ য়েনসাং অসিঅসেংব সিদ-হীদানি ।

চক্ষুৎকী কাংলোন মীতৈ য়াহৈ অসি য়াম্না য়াহহ্নোক চেন্নি। থোংহ হায়বগ ফুৎপ হায়বগ খেন্নে। থাউ ঙৌহন, থুম মাবোক থাক্কন, মরোম-মপাং থাক্কন মৈদ লোনব যেনসাংসিং অসি থোংবগী য়াহহ্নোক্ল কোল্লি। থাউ ঙৌদন, থুম-মোরোক, মরোম-মপাং য়াওদন চম্ন ঈসিংতদ লোনব অসিদুন ফুৎপগী য়াহান্নাক্ল কোল্লি। সিদ-হীদাক ওইহন্দুন চক্ষুৎপু মমল সেংন হাপ্লিবদি থুম-মোরোক য়াওদন, থাউ ঙৌদন, মরোম-মরু মরাং থাক্কন, চিনি য়াওদন ঈসিং ঈচমদ মৈদ লোনব কাংলোন অসিনি। চিনি থাক্লগ ফুৎলিব হৌজিক্কী মতমদ হাউনব সিনলিব মওং অসিদি চমফুৎ-কী অনেংব কাংলোন নত্তে।

কান্নব—(i) চমফুৎন কাংলোন চুম্ন ফুৎলবদি চাক-য়ুনসং চাব থুদিংগী মমাং থাদুন ( ইহান হানব ওইন ) মহী ওইন য়াউম ১½ দগী ৩ কাওব থক্লগ মপং চথোম মচা অমগী চাং য়াওন চাথ্রবদি কোম্ন চারকপ থুম মো য়াক থাউগী অমাঙবদগী কনব ডম্মী। মসিন চাকথাও চাকংপ (অলসর), পুক থিনব লেংব অমদি পুক সাউগংপদগী কল্লি।

(ii) চমফুৎ মহীন মাংব মৈথংপ ( কন্সতিপেসন ), য়াং কংসিনব, ঈ সেংদব, অপোম্ন অতং তৌপনব, ফুগ্রি থুংব অমদি মুংসংগী লায়নাসিং কোকহল্লি।

(ii) বেরি বেরি কৌব চাবগী মওং লানবদগী থোকহনব লায়রবা মপুং ফান কহরি।

চমফুৎকী হাবী— খ্রিঃ ১৮১৪ দগী ১৮১৮ফাওব লোক্পখিব মালেমসিগী অচৌব লালজাও অহুদ লানমী ৮০০০ য়াওব জরমনিগী অচৌব হায়-সিপ অম প্রশান্ত ওসিন্দ নুমিৎ ২৭০ হেন্না হোল্লম্মী। লানমী-সিং অসিগী মরু ওইব চিনজাক্তি তিন্দ হানব রেনসাং, ইন্দ হানব অচা-পোৎ, বিসক্যুৎ, চা, কোফি, অকংব হৈ রা, য়াম, সুজী অসিন ওইরম্মী। মমৈথংদ লানমীসিং অহু ভোকা তুন নাররুম্মী, মসা ফত্রবসিং অহু মসা লোইন কংলকত্রে। নাবদগী লানমী কয়ামরুম সিথিরম্মী। জরমন দাক্তরসিংন লাযয়েংবদ ফব ঙমত্রে, কেম হেন্নহুম সিজিন্নকপগী মওং লাকখি।

ফত্রব ক্তিতম অহু উবদ আমেরিকাগী চিনজাক-কাংলোন থওব মুপা (দাক্তরদি নত্তব) মিঃ আলফ্রেদ ম্যোক কেনন হায়বসিন মহাক লায়েংগে হায়রম্মী। দাঃ সিং অহুন য়ারমদে। মমৈদ ভোরাতুন সিব ভারুবদ জরমন দাঃ সিং অহুন য়ারম্মী। অস্তুম মিঃ আলফ্রেদ ম্যোক কেনন্ন লায়য়েংব হৌরম্মী। ম্যোক কেনন্ন অহানবদ হায়গী চিনজাক পুন্নমক থাদোকহল্লম্মী। চিনজাক পুন্নমক থাদোকহল্লগ অতেকপ মনামসীংগী চমফুৎথক পিজহন নুমিৎ থরনি থম্মম্মী। নুমিৎ থরনিগী মতুংদ হীদাক লাংথক অমত্ত য়াওদন মুপ্পগী চমফুৎথক্ত চারগ অনাব লানমী ময়াম অহু ফংনখি। মীতৈগী চিনজাক কাংলোন্দ চাউন মফম কন্নম্নিব "চমফুৎ" অসি ভলেংনমক সিদ-হীদাক্কি।

# মী।হৌরোনবু করেমনব লাইরিক ফোংলে

কংলৈপাক অসিগী মীহৌরোন, ঈনাৎ অমম্ভুং সনামহী লাইনিংবু করেম কথায়ন ইব "দ হিস্তরি ওফ মনিপুর" কৌব ইংলিস লোলদ ইব লাইরিক অম হুন্দক্ত নৌন থেংনরে। ইংলিস লোলদ ইথোক্লগ ফোংদাকপ মরম্ন মপান-লমগী মীওইসিংদ লমদম অসিগী মীহৌরোল অমদি চহি লিসিং কয়াগী চাওখৎলোনবু লৌখৎপ য়াম্রব, চৎনব য়াম্রব, ফাগি তারব ফিভমদ খলহম্নবগী অচৌব রাথোক অম সেমগৎলে। লাইরিক অসি

লমাই ৩০১২ গী মথা

লাইরোলসিং অসি চেদ ইরগ পংথিদ পিনব য়াই। অদুবু লাইরোল অদুগী মথৌরায় মমি সুন তিম্ন, মপাঙল সুন কংজব হায়বদুদি চুম চেদ ইরগ ফাব অদুনদি য়াদে "পিব" অমদি "লৌজরব-ঐগী ঈরল ওইজরব" হায়ব অম চংই।

ইংথোলগী পাতা অম হেক্ত খুল্লগ পাতা খুল্লিব মী অদুন মীগী ইংথোল অদু মাগী ওইরে হায়ব য়াদে। সার্তিফিকেৎ অম খুল্লগ মদু খুল্লিব মী অদুগী কালিফিকেসন ওইব য়াদ। খুদম ওইন দাক্তর ১ গী সার্তিফিকেৎ অম মী অমন খুল্লগ মথুক্ত লৈরে হায়দুন মহাক দাক্তর ওইদে, ওইবস্থ উম-লোই। অসিগুমদুন লাইরোল/লাইরা হায়বসি রাহৈ পরেংসিং রাহৈ রাতা-সিং অদুত নত্তে। মদুদ থোরায় ওইরিব মসক উদব কাংলোন কয়া হৈব খত্তব অমদি সিজিন্নকম মকম-চুম সিজিন্নব ওয় মদুদ মহৈ ঃ চাব ওম হায়ব খ্বায়দগী মরু ওইব পোৎসকসিং অসি চংই অসিগুব মপোৎ সুন পায়জব কংজব ওমহৌব অখও-অহৈসিংদগী হৌনবী পুন্নমক খবক ওইন ওমজহৌদুন কংলব মী অদুবু উজা নাইব মী কৌই। হেক্ত চিনক্না পুবনসি য়াদে।

পাক্নব অচুম্বগ অসেংব মীহৌরোন্নগী চেনা অমত্তু উত্তরিব মপান-লমগী লাইরিক লাইশু হৈবসিংনি লমদম অসিগী পুয়াসিংবু অমদি ঈনাংকী লাইনিং লাইসোলগী কাংলোন পুরমকপু চাওখত্তব চৎনব য়াক্তব ৎম্মোর সেংদরবগাকন ইসিন্নবনি পাংহায় ছায়জিনবনি হায়ন খল্লগনি। "দ হিস্তরি ওফ মনিপুর" নৌস ইব লাইরিক অসি মতম চান মসান হিথগ্রো তোঞ্জরবদি তলেংম মীয়াম পুরমকপু অমদি লেপাক পুরমকপু উসিৎ থোঔইদম সীংনরবনি।

লাইরিকী মমিং :— The History of Manipur
( An Early Period )

অইবগী মিং :— রাজ্কুমার ইবোহল সিংহ
পিন্সিপাল, অনন্দ সিংহ একাদেমি ( স্কুল )

লৈফম :— খাগেমপল্লি পন্থক, ইম্ফাল।

কোংবগী চহি :— কোংবগী চহিদি লাইরিকসিদ থাজে
( অহুবু প্রিন্তেস ইবগী মতমদি ১৯৮৬ হৌদনি )

কোয়রার্দ তৌব :— কোয়রার্দ ইব অখত্ত অঁহে অমত্তু য়াওদে।

লামায় মমিং :— ইশেন্নু থারগ লামায় ৬২০ পাল্লি।

পল্লিশার :— নরিট্টো, কিলোৎখি দেবী।

মমল :— লুপা ২৫০.০০ ( লু: চমিয়াইথৈ)।

মীয়ামদ করেঙ্কব

রাজ্কুমার ইবোহল সিংহন য়াম্না লাইরিক অসিগী প্রিফেস ইবদ অসুম ইদ্রি —

"So far the best of all such materials are those already got printed and published.

So, no material is practically left from which the early history of Manipur may be constructed"

মসিগী অসম বারোলদি মীহৌবোনগী লাইরিক ইবদ্ অঙ্গম্ মচাক মথৈ বেঙ্গলি ময়েক ফোংদোকপ্রে থাবনগী মীহৌরোন ইবদ লৌথৎকদব মচাক অমত্তু লেমহৌদ্রে, লৈহৌদ্রে - অসিনি। লাইরিক ইবন পাক্নব ফো দোক্লব লাইরিকসিং অহ নহেন অতৈ মচাক লৌকম পুম্না অমদি অতৈ মচাক অমত্তু লৈত্রে হায়ব ইঙ্গিৎ অসিন অপাব পুম্নমকী পুক্রিংদ মীহৌরোনগী মচাক পুম্নমক খঙলব অমত্তু চিথদন হৈরব অইব অমনি হায়বসিন ইহান হায় উংলি।

অইবন খঙবিগদব থর—মীহৌরোনগী চংদব মায়ব শাগৈ-লাইগী হৌরকফম, মুম্নাকী মীহৌরোন অমদি মুমদাবগী মচাক কয়া হৌজিককাওব ফোংদোকায়ব মলীং লাকওমদন লৈরি। অইবগী লামায় ৫২৩ গী মতুংদ মুকপন পনব ওখিথিরব মীহৌরোনগী অরিব লাইরিক—সংগাই কম্মাং তাঙ্গাবা লীংকক, খীয়াংতো লীংকক নোংলোন, ম্যাকোককোন থিরোল সলাই অমাইলোন, কৈথি, কৈফং, মোইরাং কংলৈরোন লম্পুক খুমন কাংলৈরোন অসিনচিংব কয়া লৈবি হায়বসি ওলিদগী খঙজিনবিয়ু। নিংথৌরোন অমদমগী থৌদোক ইদ তোঙান তোঙানব পুম্না "সিংতাপুং কাকিল" "নিংথৌ কাংপালোন" "নিংথৌ মপুথিপা" অসিনচিংব কয়া অময়ু লৈরি হায়ব খঙজিনবিয়ু। ঐন খঙরগ ঐন থিব হৌরগ ঐন খঙলিব থরলিদগী হেন্না কৈরবনি হায়রুন লাপদ কাংবদি উহৈ মায় পানমগ্রহুন হৈ চরোংব মরায় কাংথৎলকপহু নিংসিংদব ওমলোই। হৌজিকী মতমসিদি মীয়ায় লাইনি। মীয়ামদ নোমক চৎপ হায়বদি অথও-অহৈ অমগী লেংদব ললনি।

# অহানব হৌরকফম বর্ষাদনি হায়রি

ইবোহল সিংহগী লাইরিক অসিগী অহৌব লামায়মক্তদ কংলৈচাসিং অসিগী হৌরককম লৈভাকলোন লৈরম্ব ইহান হানব মরৈপাক্তি বর্ষাদনি হায়রি। হৌজিক কবো ভেলী হায়বিব বর্মাগী লম অমম্বা কবো ভেলীগী অকোয়বদ লৈব চীংসিং অসিন লৈভাক্লোন চৎনব হৌব অহানব লৈপাক্কি হৌজিক ভারত্ত ভিন্নব ঈমফাল প্রোপর অমম্বং ওসিগী মনিপুর প্রোপর অসি নত্তে হায়ত্বন ইরি।

মসিগী অরানব হৌরকফম অসি সন্দোকপদগী অতোপ্প ফুরুপসিংন কংলৈপাক লমদম অসি হৌজিক লৈরিব চীংমী তম্মীসিং অসিগী হৌরক-কম নত্তে মখোয়গী মপা মপুগী লমনি হায়ত্বনফাওব ক্লেম তৌরকপ য়ানন-বগী খুদোংথিব থোক্ত অম লাওন হাংদোকপ হৌব অসি ইবোহল সিংহনি হায়রবদ করি হায়নিংঙাই লৈরিবমে। ঐখোয়গী হৌরকফম্ব্ খুমফম অমত্ত য়াওদন বর্মাদনি হেক্ত হায়জিনব অসি ৱাথল লৈব মীগী থৌরাংদি নত্তে খল্লি। মসি খুরুকী ঈন লাই সারকপগী মিৎন উরব খুদম হায়বত্ব ওইহৌরগনি।

## নিংথৌরোল্দ করেম কথায়নব

রাহেংবম ইবোহল সিংহগী হিস্তরি ওফ মনিপুরগী লামায় ৪১ দুবদ —

| | |
|---|---|
| চহি ৮৯ পানথিব নিংথৌ অয়াংবব্ | চহি ৩ পাক্লি হায়রি |
| চহি ৯০ পানথিব নিংথৌ ইরেংবব্ | চহি ১৪ পাক্লি হায়রি |
| চহি ২৩ পানথিব নিংথৌ য়ারবব্ | চহি ২ পাক্লি হায়রি |
| চহি ৩৯ পানথিব নিংথৌ নিংথৌচেংবু | চহি ৯ থক |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| চহি | ২০ | পানখিব চেংলৈ ঈপান লাম্বম্ |  | চহি ৪ থক |
| চহি | ১৫ | ,, | য়াংলো কৈকাবম্ | চহি ২ থক |
| চহি | ৪৮ | ,, | লোইমুম্বম্ | চহি ২৬ থক |
| চহি | ১০০ | ,, | তাউখিংমাংবম্ | চহি ২০ থক |
| চহি | ২৮ | ,, | লোইতোংবম্ | চহি ১০ থক |
| চহি | ১৪ | ,, | অতোম য়োইরেম্বম্ | চহি ১ থক |
| চহি | ৩২ | ,, | ঈরাম্বাবম্ | চহি ৬ থক |
| চহি | ৩৬ | ,, | থম্নাম্বাবম্ | চহি ৩ থক |
| চহি | ১১ | ,, | চিংথাং লাম্বম্ | চহি ২ থক |
| চহি | ১৬ | ,, | পুরাম্বাবম্ | চহি ২ থক |
| চহি | ১৫ | ,, | খুমোম্বম্ | চহি ৭ থক |
| চহি | ২৪ | ,, | মোইরাম্বম্ | চহি ১১ থক |
| চহি | ২১ | ,, | থংবী লাম্বম্ | চহি ১০ থক |
| চহি | ২০ | ,, | তেলহৈবম্ | চহি ৩ থক |
| চহি | ৩৫ | ,, | তম্বুংবম্ | চহি ১২ থক |
| চহি | ২৮ | ,, | পুমসিবম্ | চহি ১৩ থক |

অম্মুম্ন নিংথৌ কয়াগী পাল্লম্ব পুম্নমক নিংথৌথোম্ব ফাওবসি চহি লোইন হম্বহল্লি। যুমফম অমফাওব য়াওদনা মরম্লাই রাথলনা নিংথৌ-রোনসিংগী চহি পিল্লি।

তোমখিন ওইনা পানখিব নোংদা লাইরেন পাথংব ফম্বালদ চহি ১২০ লৈঙাক্লম্মী হায়হুন চৈথারোল কুম্বাবা, নিংথৌরোন তানম্নেনচিংব পুম্না কয়াদ ওফিসিয়েল রেকোর্দ তৌহুন থনজব অসিবু ইবোহল সিংহন চহি ৮০ যুমফম অমত্ত য়াওদনা ককথংলি অতুগ চহি ৪০ থক পালহল্লি। খুই-

য়োই তোমপোক্না চহি ১১০ লৈপাক তাক্লবগী পুয়া করাদ ওফিসিয়েল রেকোর্দ থনম্লব অসিবুন লাইহিংক ফংদ চহি ৭৫ মরম্লাই ককথৎলগ চহি ৩৫ খক্তমক পালহন্নি। অদুগ মরম্লাই সেম চহি নৌহম্নব খোয়াং অমসুং পানবগী মতমদ্ চখরি। ইবোহল সিংহন মথাগী অম্বুম নিংথৌসিংগী মতম অসি মুমবম অমত য়াওদনা সেমদোকই—

খ্রিঃ ৩৩—১৫৪

| নিংথৌ মমিং | পুয়াসিংন পিব খ্রিঃ গী মতম | ইবোহলন সেমজিনব খ্রিঃ গী মতম |
|---|---|---|
| লোয়াং লাইরেন পাখংব | ৩৩ — ১৫৪ | ৯৮০ — ১০২০ |
| খুইকোই তোমপোক | ১৫৪ — ২৬৪ | ১০২০ — ১০৫৫ |
| তাওথিংমাং | ২৬৪ — ৩৬৪ | ১০৫৫ — ১০৭৫ |
| খুইনিংগোম্ব | ৩৬৪ — ৩৭৯ | ১০৭৫ — ১০৯২ |
| পেংশিব | ৩৭৯ — ৩৯৪ | ১০৯২ — ১১১৫ |
| কাউখংব | ৩৯৪ — ৪১১ | ১১১৫ — ১১৩৩ |
| নাওখম্ব | ৪১১ — ৪২৮ | ১১৩৩ — ১১৪০ |
| নাওফাংব | ৪২৮ — ৫১৮ | ১১৪০ — ১১৭১ |
| সমৈরাং | ৫১৮ — ৫৬৮ | ১১৭১ — ১১৯০ |
| উরা কোন্থৌব | ৫৬৮ — ৬৫৮ | ১১৯০ — ১২১৫ |
| নাওথিংখোং | ৬৬৩ — ৭৬৩ | ১২১৫ — ১২৫০ |
| খোংতেকচা | ৭৬৩ — ৭৭৩ | ১২৫০ — ১২৬০ |
| কৈরেনচা | ৭৮৪ — ৭৯৯ | ১২৭১ — ১২৭৬ |
| য়ারাব | ৭৯৯ — ৮২১ | ১২৭৬ — ১২৭৮ |
| আয়াংব | ৮২১ — ৯১৮ | ১২৭৮ — ১২৮১ |

য়াংলৌ কৈফাব ৯৬৯ ৯৮৪ ১২৯৪ — ১২৯৬
অতোম য়োইরেম্ব ১১৫০ — ১১৬৩ ১৩৪৬ — ১৩৫৭

মণকী অমুক নিংথৌ ৫৭ কী যগা'ল মতম লোইন লাইরিক অসিদ সেমজিল্লি। পানবগী মতমস্থু চহি ৫১০ গী মতম খেমর নম্বদ লৌথংপ য়াদবমখৈ খেন্নহল্লি। হুদম ওইন চৈথারোল কুম্বাবনচিংবদ পল্লিব খুং-হোত্ত খ্রিঃ ৫৫ এ, দি, অসিদ পানব নোংদা লাইরেন পাখংবম্বু চহি ৯৪৭ খেংথহল্লগ খ্রিঃ ৯৮০ দগী ১০২০ ফাওব পালহল্লি। সেমজিল্লিব অসিগী রিফরেন্স অমত্ত পিদে। খুইয়োই তোম্পোক্ষ পানব মতমসি ওফিসিয়েল রেকোর্ডত ফংবদ খ্রি. ১৫৪ এ, দি অসিদনি। ইবোহলগী লাইরিক অসিদদি রিফরেন্স অমত্ত পিদন খ্রি, ১০২০ এ, দি, দা ওরাং নহাক্তগী নিংথৌ ওইন ইসিল্লি। অমুক খ্রিস্তগী চহিগ থংমু নাওমু হৌখিররকপ নিংথৌসিং অসি চহি ১০০০ ( লিসিং ১ ) য়োমগী মম্বাদ থেংথহল্লগ নিংথৌ-রোনসিংগী অসেম্ব চহিরোন পরেং অম লাইরিক অসিদ ইসিল্লি।

লাইরিক অসিন কংলৈপাকী লৈঙাকলোন অসিবু য়াম্ন ফুইরিব চহি লিসিং ১ রোমদং ঙাইরিব মওদে তাহন্নব উরি। মহু তাহনব মানব সেমজিন্নুন নিংথৌ অমমম্ন চহি ১ ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭ অম্বুম মত্তম তেম্ন খেন্ন লমাই সেমহুন পালহল্লি। মৈদিংঙু অহাংবন খ্রিঃ ৮২১ দগী ৯১০ এ, দি, ফাওব চহি ৮৯ পালব অসিবু খেংথহল্লগ ১২৭৮—১২৮১ স্থুপগী চহি ৩ থক্তমক পালহল্লি। চহি ১৪ পালম্ব অতোম য়োইরেম্ববু চহি ১ থক্তং মচেত্ত পালহল্লি। চহি ৬৬ পালম্ব থরাম্বাবু চহি ৩ থক্তমক পালহল্লি। অমুক নিংথৌ ৩৭ তা লেমদোক্লগ মীতৈগী নিংথৌরোল অদি চহি ১০০০ রোম খেংথহন্দুন তমদম অসিগী লৈপাক ভাক্লোন অসিবু ওয়াংতগী তাথা ওইন মপান লমগী মী ওইসিদ উহনবহোংনৈ।

রাহৌদোক্ত মচাক অমত্ত চিথদম থগুলব, মচাক লোয়ন কংলব মী অমনি হায়দুন মনান মসাবু মীংথাজবদ হায়গ্রগ অমুক য়াম্ম থগুলমদবসিদি লৈপাক মীয়াম্ম ওক্রবগনি।

## য়েক সলাইদ করেম্বব

রাহেংবম ইবোহল সিংহগী লাইরিক অসিদ চহি লিসিং কয়া স্নুমব য়েক-সলাইগী ঈনাৎ অসিবু ওবাংত সেম সাদুনা হাপচিল্লকপ গোত্রসিংগ মতিক চাব রারোল অমত্ত পন্দন মাম্নব থাক্ত থম্মী। মতুঙ্গী চৎনব য়াত্রব থিওরি অসিন হেন্নজিনমন্দুন "চোংথাম" হায়ব য়ুম্নাক অসিমথক্তদ গোত্র ১০ পুল্লপ্ন ওইহল্লি। চোংথাম্ব, কাইস্যপ গোত্রম্ব, মৌদগল্য গোত্রম্ব, মন্দাল্য গোত্রম্ব, গৌতম গোত্রম্ব, কৌসিক গোত্রম্ব, অত্রেয় গোত্রম্ব, অঙ্গিরস গোত্রম্ব, ভরম্বাজ গোত্রম্ব, মৈমিস গোত্রম্ব, বসিস্থ গোত্রম্ব— গোত্র মথল ১০ মক ওই হায়রি। সেমজিল্লগ চৎনরসি হায়রব ফাওবদ রাথল লৈতব থৌওং অসিদি চৎনব ওইথোক্লরোই। য়ুম্নাক অমথকপু গোত্র ১০ পুল্লপ ওইরবদি অশাং মচা সাম্নবগী মওং অহুনি।

সাগৈগী পুথা থওদবগী মমি চাউন লৈরে। মথক্ত পল্লিব "চোংথাম" য়ুম্নাক অসিবু লুরাং সলাইনিম্ব হায়রি, থুমম্নিম্ব হায়রি, অঙোমনিম্ব হায়রি, মোইরাং সলাইনিম্ব হায়রি, খা-ঙানব সলাইনিম্ব হায়রি, সরাং লৈসাংথেমনি হায়নম্ব ইরি। য়ুম্নাক অমথক্ত সলাই ৬ অমুক্ত দ ৎইবসিবু করম্ব য়ুমদাব পুম্নাদ লৈবগে? "অহৈবম" য়ুম্নাকপু মঙ্গম্ব, থুমনম্ব; মোইরাংম্ব, খা-ঙানবম্ব, সরাং-লৈসাংথেমম্ব— সলাই ৫ মক লোইন ওইহল্লি। অম্নুম্ন পংই ইসিনব অসিন হিত্তরিনি হায়ন লৌম্ন ভাব্রবদি "চোংথাম" "অহৈবম" অসিদি য়েক খোক্লদব অতৈ য়ুম্নাকপু থিব চাম্নৌ-মৌরৌনমব থিবদ থওব হৌনজে।

অম্মু কোনসমবুগু মলাই ৫ পুল্লপ ওইহল্লি, থাংজমবুম্মু সলাই ৫ অমুক্তদ ওইগল্লি। এলাংবম, উসম, সোরাম, নাম্বেবম ময়াংলম্বম, কোনজেংবম য়ুম্নাক কয়া অমম্মু গোত্র ৬, ৭, ৮ পিসিল্লি, য়েক মলাই ৪/৪ পিসিল্লি।

যাম্ন গুক্রিবদি অসিগুম্ব য়ুমস্কম য়াওদব ময়াম অসি ইসিনব মতমদ থায়নগী পুয়াসিংদ ইরম্বসি' কয়া অসিবুদি থাজব য়াম্রব মচাকসিংনি হায়দুন মদুগী ইৈর লৈনদন মরক মরক্ত তোয়ন তোয়ন অমুকম্মু পল্লি। মহুন অয়ানবসিং কক্কুনব ডাকথোকহৌরিবনি হায়ন অইবদ খল্লম্ব য়াই। পুযা ময়ামসি লাল্লবনিন অইবন হায়জিনব ময়াম অসি ককপ লুরগনি হায়ন অপাবসিংদ ফাওননব পাম্বে ওইন সিজিন্নরম্বদি য়াই। অদুবু মমল যাম্লব পুযাগী ললগৈ অসিবুন লৌত্রগ অইবগী কোক অসিত্তবু ললগৈ অচোনবনি হায়ন লোগদব মীদি ওসিগী লাইরিক লাইস্ম হৈনবব কংলেপাক থুনাই অসিদদি লৈররোই। মতাং অসিদ লুরিবদি মপান-লমগী মীন পান্নরগ এথোয়গী অরিব লাইরিক্কী পুক্কেসিং অসিবু থাজথিগদ্রা?

## চাওথত্তব তাহন্নব ইরি

য়াহেংবম ইবোহল সিংহগী লাইরিক অসিদ কংলৈচাসিংগী চাওখৎ-লম্বগী য়ারী য়াওদে। লংমাইজিং চীংদ পাল্লম্ব সেলোই লংমাই নিং-থৌসিং অমদি অতে মীমথৈ খ্রি. গী ১১ সুব চহিচাফাওব হায়বদি চহি ৮০০ লোমগী মমাংফাওবদ ফি সেৎপ হৈত্তে, ফি থোক্কুন লৈরম্মী হায়রি। মীতৈসিং অসি থেংলব মতমফাওবদ মসাগী ময়েক লৈজদে, মীতৈলোন অসিন খ্রিঃ গী ৯ সুব সেনচুরিদগী লৈয়রকপনি, ময়েক ভারতকী ময়েক অত্তৈদগী মওং খর লৌথোক্লগ ১২ সুব সেনচুরি অদু য়াইদগীদা লৈরক-খিবনি হায়দুন হন্দুন ইরি। কংলৈচাসিংগী মসাগী অকক্কব চাওথৎলোন

লৈরম্লবা, মীওইশিংগী মতৌ তম্লগ লাকপ কাংলুপ অম ওইন সু ইবোহল সিংহগী হিংবা ওর্ক মনিপুর অসিদ ইরি।

খ্রিস্তগী হৌগৎলকপদ পোইরৈতোম্না থুম্হোরকপ মতমদ মীতৈ ময়েক ইনরম্বী অমদি খ্রিঃ গী মমাংদ মীতৈ ময়েক লৈরে হায়রব, মীতৈলোন খ্রিঃ গী মমাং অঃ দগী লৈরকলে হায়রবসিগী লেংদব থুদম বরা হেক্‌ৎ লেপ্তেলদ সকখত্রবনি হায়রবগী ই-পাউযাওব লাইরিক ইংলিস ইকাই খুম্জরব ঈবুংঙোন খওলমদবসি থায়দগী লাইপকাথব অমনি।

রারোইসিন— সম্ব হায়রবদ রাহেংবম ইবোহল সিংহ ইকাই খুম্জরব উজা ইবুংঙোগী লাইরিক অসিন অয়াম্ব মযমদ কংলৈপাকা চাওথৎপবু করেম্নব, মীহোরোনগী অরিব পুয়াসিংবু মপান-লমগী মাসিংদ থাজদনব পংই ইসিনব তাহম্নব অমদি কংলৈপাসি গী লম্দম কংলৈপাক অসি রাওব মথোয়গী হৌরককম নত্তব ওইহনব, অথঙ অহৈসিংন ইনর্দ্রিব রাথল চংনব পুথোকপ লাইরিক লাইস্নুসিংবু মপান-লমগী মীওইশিংন থাজদনব করেম্নহুন তাংকক তাংকক থুদিংদ ইসিন্নগ গনওগ্রনি হায়নিংব ইন্সিংব ফ্রিদম ওফ স্পিস, ফ্রিদম ওফ রাইতিং, মীয়াম ঐবু থাকপিংত্রা হায়বগী থৌনাদ ইংরেজী লোলদ অকায় অতোই অরানব ময়াম অসি চাইথোকপ অসিমদি ওসেংন কংলৈচা পুম্নকপু করেম্নবনি, সীংনবানি।

মীতৈলোলগী অরীব লোলবু লায়্ন লায়্ন রাহম্থোক হনজিনব, অসেম্ব রাহৈ তোয়ন সিজিন্নব, মীতৈলোলগী অসেংব রাহৈবু অতোপ্প লোলদগী থোরকপনি হায়ননব মকম কয়াদ তোয়ন তোয়ন হোৎনব, লম্নাই বাইবস লৈব মতাংদ লুদব রাহৈ অকাম্ব য়াম্ন সিজিন্নব ওপ্পীং তুংদ্রিংকী লেমহৈদব রাকম য়াম্ন ইসিন্দুনে চম্নহনব, ইসেং সেংজব পোৎপু মাংথোক মাংথোক্তুন সেরাজন চৎহনখিনব হোৎনব লাইরিক অসিগী মকম ওয়াথদ লৈরে। ইকাই খুম্জরব উজা মপান তুংগী মীয়োনগীদমক লাইরিক অসি য়াম্ন

# ইবোহল সিংহন সনামহীবু করেমনরে

## ( সীংনবগী পাউকৎ )

রাংহংবম ইবোহল সিংহ খাগেমপনি পন্থক লৈব উজাবু ইকাইখুম্নব উৎচবগ লোয়নন লাইনিংথৌ সনামহী নিংবসিংবু রাখল লৈতবনি হায়ন্না ইন্নিবসি রিথক্রো তৌবিনব নিংশিংজরি। লাইনিং অমবু হন্দুন ইবগী অমদি লাইনিং অসিবু চংশিব মীওই লাখ কয়ামক্তম অসিবু উসিং থৌওই-দন রাখল খম্নব রাংপনি হায়বা ঈত্তুন "দ হিস্তরি ওফ মনিপুর" কৌব লাইরিক্ত ইবগ মপান-লমগী মীওইসিংদ পাহনব মানব ইংরেজি লোলদ ফোংদোকপ অসি কংলৈচা পুম্নমকপু মপান্দ য়োম্হোকপনি। অহৃয়োম

---

লমাই ৩০২৪ গী মথা

সম্পোকখিত্রিবৈতদ মপানগী মীওইসিংনে পাক সন্ন পাখিত্রিবৈতদ থম্মোয় সেংন রিথক্রো তৌবিহৌ। য়ুমফম য়াওদব মওংদ লমদম অসিবু মসক লায় উহন্নব অমদি ঈপানাৎ-ঈপুনাৎপু সিংনহ্নন কংলৈপাকী মীহৌয়োলবু লেমহিন্দুন পংই ইলিনবগী ওবচাউ থেকপ অহৃবু করিন্নু থওজন্ত্রব ঐহাক্ত মীয়াম থওন সিংনরি। মফম মতম অমদি হুমিং অকক্সব অম পিবিরকউ। ইম্বাই খুম্নজরব উজা ইবোহলগ মীয়াম মমাংদ রাকম খন্ন সেংদোক্নব পান্নী। উজাবু য়োন্নুক পাউকৎ পিজরি।

উজাগী
পি. ওাঙোম্ব নিংথেম থুমন
নাউরেমথোং সামুসং, ইম্ফাল।

টৈচৎ আগস্ত ১০, ১৯৮৮ ইং

ইসাগী লাইনিংবু থৌওই উসিত্তন মুথংনিংবগী অপিকপ থম্মোয় চেন্দুন কনথি উৎপত্তি লমদমসিগী চেং চাহুন হিংলিব বাহেংব ইবোহল সিংহগী কল্লি ওইজব তাল্লিবনো থনবদ অমম্ব পোকই।

ইবোহল সিংহন "দ হিস্তরি ওফ মনিপুর" কৌব মসান ইব লাইরিক-সিগী লা: ৩২৫ দ অস্থুম লাইনিংথৌ সনামহীবু লৈতব লাইনি সনাগী মচু অসিমু হিন্দুগী লাই কার্তীক হায়বসিদগী লৌবনি মমিংমু লৌবনি হায়না করেম্নরি —

"... Some scholars devised the mythology of Ganesh and Kartik with some local names, and as they were, most likely, unable to find a suitable name from the Mongoloid pantheon at their disposal invented names to suit the salient Characteristics of the above two gods of the Hindu mythology who were sons of Devi. They took the complexion Kartik to resemble the colour of molten-gold and developed the name **Sanamahi** meaning 'molten-gold' or 'gold-liquid". মথক্কী ৱাহৈসিং অসিগী মচা থায়ব বাহন্থোক্তি অসিনি। "মায়চৌ থরন (হিন্দুগী) গনেস অমস্থুং কার্তিক্কী ৱারীবু মকম অসিগী লোলদ মমিং থোনহিল্লগ সাগৎলম্মী। (মীতৈগী) মায়চৌসিং অসিন মোঙ্গোলোইদসিংগী ৱারীগ চান্নব মমিং পুথোকপ ঙমদহুনে দেবীগী মচা নুপাসিং অসিগী মরু ওইব সক্তমসিংগ চান্নগদব মমিংসিং পুথোক্লম্মী। মায়চৌসিং অদুন কার্তীক্কী কুচুবু মহী চেল্লব সনাগী মচুগ মান্নে হায়না লৌরম্মী অমস্থুং সনাগী মহীবু তাকপ সনামহী হায়ব মমিং অসি থোল্লম্বনি।'

লাইরিক অসিগী লা: ৩৯৬ সুবদ অস্রু ইরি— "The legends of Sanamahi and Pakhangba became popular in the latter part of the 16 th century A. D. So it is certain that it must have developed in the 16th Century A. D." মসিন হায়রিবদি—"সনামহী অমসুং পাখংবগী ৱারীশিং অসি ভুগী মতুং ১৬ সুব চহিচাদ সকথঙনবকথি মরম অতুন মসি খ্রিস্তগী ১৬ সুন চহিচাদ সাগৎলকপনি হায়বসি সোয়রদ ৱানি।"

লামায় ৩৯৭ সুবদ অস্রু ইরি—The legend taught the Common people how Pakhangba was successful in the contest of circling the universe the exact replica of the contest of Ganesh and Kartik with additions and decorations of poetic imagination. মীচমশিংদ ৱারী অসিন করম পাখংবন নোংখোং কোয়বদ মায় পাকখিবগে হায়বতু তাক্লি। মসিদি (হিন্দুগী) গনেস অমসুং কার্তীকী চাংয়েংবগী ৱারীতুগী চপ চান কোংথাক্লগা মতৌ তম্বনি। গনেস কার্তীকী ৱারীদ থর হাপচিনব থর সৈংরং সৈদাগী ৱাথলন সাব লৈতেং থর হাপচিনবতনি।

লা: ৩৯৫-৬ সুবদ অস্রু ইরি—... the cult of Sanamahi cannot exist earlier than the 7 th century A. D ·· ....... against the claim of some chauvinist scholars who feel that the Concept of Sanamahi is as old as several hundred years before Christ. সনামহী নিংব অসি খ্রিস্তগী ৭ সুব চহিচাগী মমাংদ লৈবমদে . . . (মসি) সনামহীগী ৱাথলোন অসিবু খ্রিস্তগী মমাং চহি চা করাগী মমাংদগী লৈরক্লে হায়রন পুক্লিংদ ফাওজব ভকচাও থেকপ মায়চৌ থরন হায়রিব অতুগী মায়ওক্তনি।

# ইবোহল বাবুদ নোংলুক্ত খঙহনজব

ইবোহল বাবুগী লাইনিংথৌ সনামহী বু করেম কথায়নব রাহৈসিং অসি খঙহনবা থিজিন্দুনা ইব নত্রে। সনামহী লাইনিং হায়বাসি তম্বতা চহি ৭ হেল্লা চংলিবনি। লাইনিং-কা লোন অথুপ্প কযাগী পুক্কেন চোক্লব লাইপোক ওইরব মায়'চৌ চা বরা লাঙাক ফংহুন লোকপগী মীহৈ য়াংগ্রব সাক্তাস মহৈরমক্ত নিংখোন মীচং ওইহন্দুনা মুথংকে হোংনবগী মতিক লৈখিন্রব মপাঙ্গল কল্লব তন্নাংবা থাক্তী সনামহী লাইনিংনি হায়বাসি ইবোহল বাবুনদি খঙদ্রে।

গনেস অমসুং কার্তীক অকুপ্প রাবা হায়বসি ওসিক্ষাওবদা কংলৈপাক্ত পোক্লিব হিন্দু লাইনিং চংশিনিব তয়াম্বন খঙনদ্রবনি। বৈস্নব ভক্তগী রারীদ লৈবব মরম্ম গনেস কার্তীক মমিং কংলৈপাক্তদি হৌজিকমকম্ম ইত্তামক তাজ্রিবনি। সাক্তগী ওইব ইরাং ইসোলগী মমি মফমসিদ ইত্তা তাজ্রি। দুর্গা পূজা মতম্দ রেম্ব বেঙ্গলগী লামদগী মতম খরগী মমাংদ অয়েকপ ( কলর প্রিন্তিং তৌব ) লাইসিংদ দেবীগ লোয়নন যেকপ উব অসিম মপুংনি। সনামহী পাখংবব গনেস অমদি কার্তীকা রারীদগী পুথোকপনি হায়বসি ইবোহল বাবুনা তৌজবনি। হাফম কসিদি লাইনিং লমী নৈনব নত্তে "ইবোহল্লিজম" হায়বল্লনি। "ইবোহল্লিজম" কৌব ইবোহল মতোমগী মংত্রং অমন কংলৈচা পুম্নমকপু অরান খুত্তম পিগনি হায়হুন হোংনব হায়বসি মংজোলগী হন্দোবত্রব ঐন মরোইরে খনজব, মপাম থোক্তবদগী চাওখংলোন অমত্ত উরুদবদগী রায়েনবীনব লৈত্তব মংত্রং মচা মচা সাগংকনব মাঙ্গোলজাওসিংগী রানি। মসিবু হিস্তরি ওক মনিপুর হায়বল্লরাও।

(i) সনামহী লৈসেম নোংসেম্বীরকপ লাইনি, মালেম অসি অমাং থংব নোর্থ পোলন য়াংথংকপ মথা থংব সাউথ পোলন নেমথন হৈথন লৈরিবনি (মালেমসিগী পাকন য়েকপদ য়াওরিব এপ্রিস অসিনম্ভু তাক্লিব) সনামহীন লৈসেম্রকপগী মরোদ য়াওরি। মালেম পুম্নমক সকথংলব চাউরব লৌসিং অসি সনামহী লাইনিংগী মীরব চাওথংলোন্দ য়াওহন লাক্লবনি।

(ii) লাইনিংথৌ সনামহীবু মসক থঙ্গে হায়রবদি য়াকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পাদব য়ারোই, পুভিল পুম্না পাদব য়ারোই, লৈসেমলোন অরিব পাদব য়ারোই, মীহৌরোন পাদব য়ারোই, কানথোংলোন পুম্না পাদব য়ারোই, লাইনিংথোগী মিংথৈ ১৬৮ য়াওব মিংথৈরোন পুম্না উজা নাইন তমদব য়ারোই, সিংভাপুং কাকিল পাদব য়ারোই, হয়াং লানচাই-পোংথোরোন-সনামহী অহোংলোন তমদব য়ারোই, সনামহী লাইছক পাদব য়ারোই, য়াচংলোন পাথুপ নৈনদব য়ারোই, চৈরাউবগী মসিল তমদব য়ারোই- মপান নাইত্রব সনামহী লাইনিংগী পুম্নাসিং থজদব য়ারোই। টংোহল বাবুগী "ইবোহম্নোন" অহ্নদি লাইনিংথৌ সনামহীবু মসক মুকথঙ থভব ওয়োই।

(iii) খ্রিস্তগী চহিগী অহোব চাদ সনামহী লাইনিংদ মঙাল কংথিব সিংভাপুংগী য়ারী, পোইরৈতোম চথম্ব সনামহী লাইনিংগী কাংলোনসিং, খ্রিস্তগী মমাংদ চংনরম্ব লৈদুং লোনজা অম্বিবগী মতমদ লৈরম্ব সনামহী খুরুম্বগী চৈরাউবরোন, খ্রিস্তগী মমাংদ সনামহী লাইনিং চংলম্ব ওাশাব নিংথৌ অমাদ মলিয়া ফম্বালচাগী লাইনিং লৌচং, খ্রিস্তগী অঙনব চহিচাদ লৈরম্ব সনামহী লাইনিংগী অমদি পাথংব নিংবগী চাউরব মায়চৌ লাইবগী পুস্তি য়ারী, অপোইনবা মচা মাইচৌগী লাইনিং কাংলোন, মঙাং নিংথৌ পুস্তিবগী লাইনিং কাংলোন, চিংথৈরোন সাজেল-

মিংগী অথুপ্পসিং অমদি লাইনিং সাজেল ময়ামগী হৌরকলোন অমকাওব খঙদন সনামহী লাইনিংগী মরমদ খোর্জৈ থাবদি ওইথোক্কবতা নত্তে, তৌহৈদব হাকফিং হায়বদি ইবোহল থাবুন হায় খঙবিরমগ্রবস্থু হৌজিক্কি খঙজিনবিয়ু।

(iv) মীতৈ ময়েকী ইথুংলোন থুনুংলোন থুং-পান মলক জেংন খঙগ্রবদি, মীতৈ ময়েক হৈত্রবদি সনামহী লাইনিংগী থুং থাব ওই-থোক্লোই। সনামহী লাইনিং হায়বদি মী ক্রোর কয়ান চহি লিসিং কয়া চত্তুনা লাক্লিব মালেমসিদ তাংলব অরাংব থাক্কী কাংলোমি। সাস্তদাস মচক অমদি মাগী চেলাসিংন তুকুন মকোক নোংদব ওইবত্তুন ইকাই খুম্নবা, সাস্তদাসমক্কী হাকথক্ক লাইসং সাত্তুন লাইনিংথোবু লাংথ্রব মতিক চাউবা লাইনি। অদুগা মচান সাহব মরুংকে মবী অদু নত্তে হায়বদি ইবোহল থাবুন মমাংদ খঙবিরমগ্রবস্থু মতুং তাক্কপদগীদি খঙজিনবিয়ু।

## সনামহী নিংজবসিংবু উসিংদ থৌওইদব নত্রা?

(i) মপু সিদবন মপু অম লৈ হায়বদি খঙহল্লগে হায়দুন তাইবং-পান সেম্নব কোনসেং তোইরি সেংব ওইন লাইওল্লি। কোনসেং তোইরি-সেংববু ঈসাইফু মনুংদ হুমিং হুম্নি থুব অদুং নাওয়া ওইন মচু সমা অহিংব মায় সাইওরকই হায়বগীদমক "সনামহী" হায়ন মিংথোনখি। পুরা কয়াদ লাইনিংথৌগী মমিং ২০০ দগী হেল্লে লৈ।

হিন্দুগী মাইথোলোজিদ কার্তীকী মচু লমামহী চেনব মামি হায়থ একাউন্ত অমত্ত লৈতে। গনেস অমসুং কার্তিকপু অমন লৈসেম্নকপ লাইনি অমন মীনি হায়দুন হিন্দুগী একাউন্ত অমত্তদ ইদে। চৌংমী তমীগী ময়েক-লাই ৭ অসিবু সায়্ মনাতোন পানব মনেসন পোকথিবনি হায়ব কয়ম মাইথোলোজিদ লৈবগে? কার্তিকপু মুম মুমগী লাইগী মিংথৌ ওইন

পাল্লি হায়রব য়ারীবু মালেমদ লৈব মীন ( ইবোহল বাবু নত্তন ) খত্তব হৌনরাও ?

লাইনিংথৌগী মমিং ২০০ হেন্না লৈবসিগী মতুংদগী অমত্তং হেক্ত লোখৎলগ কার্ত্তীকী কুচুবু মায়চৌ খরন সনাগী মহী ওইন লৌরম্মী—মতুদগী "সনামহী" মমিং অসি মায়চৌ.সং অচুন মকমসিগী লোচদ খোনজিনখিরনি হায়বসিদি নৈনবদ ইকাইজব পোকই। নৈনজারিব অসিমক পাবিরিব মীয়াম মংগম খোক্লগনি। মসিদ মীতৈ মাইবন ও পোক্লগী সোনবদ "ই-মু" "ই-মু" হায়দুন কান্নিবগ "জি-মু" হায়রিবনি জিসু খ্রিস্তবু সোল্লিবনি হায়বগুম্বনি। লাইরিক লাইসু হৈরব খুনাই অসিদ কার্ত্তীকা গনেসকা পায়দুন পাখংব সনামহীগী য়া নৈনবসিংক উতাই চান্নব উহা য়াওদহুন মসান নপৌ য়াত্রব উচলনি, নৈনা হৎজাইব পোকই। অদুবু "ইবোহল্লিজম" "ইবোহৎলোন" খোরকপজিদ অসিগুম্ব নোক্লিংলগদব নৈনবসি চেনা কয়া অরেম্বদ মাঙহল্লে। মসিগীদমক মীয়াম ঙাকপিগনি।

(ii) লাঃ ৩৯৬ তা ইরিব সনামহী পাখংবগী য়ারীসিং অসি খ্রিস্তগী মতুং চহি ১৫০০ গী মতুংদ খ্রিঃ ১৬০০ তানখৎলকপ মতুংদ খোরকপনি হায়বসিদি অত্তাং মচাসিংন নৈননব থমজরগে। মতমতুদ পানব মপুং ওইব নিংথৌসিংদি মুংয়াম্ব অমত্তুং খাগেম্বনি। মতমতুদি সান্তদাস মহন্তগুম্ব অম লাকুন পুয়া মৈ লোইন থাদোক্লম্নব ফাওব সনামহী লাইনিংগী সয়া মখৈ অম মাঙহনব ওম্বগী মতিক লৈত্রবনি পল্লুহুম চেনা মাঙলগনি। মত্তাং অসিদ গনেস কার্ত্তীকী য়ারী মীতৈলোন্দ সেমজোকখিবনি হায়রিবসিন অমুক হেন্না নৈনবদ মতিক চাদে মতম মাঙননবনি।

(iii) য়ায় নোকনিংলিব মত্তাং অমন ওকচাও খেকপ ( সনামহী লাইনিং চৎপ ) মায়চৌ খরন সনামহীগী য়াথল্লোন অসিবু খ্রিস্তগী মমাংলগী

লৈরকই হায়ন মপু ক্লিংদ ফাওরিব অহৃুগী মায়ওক্ত ইরিবনি হায়ত্থন নোংদা লাইবেল পাখংবম চহি ১০০০ বোম থেংথহল্লগ পাল্লহনব অহুত্তম ফরক্ত করেম কথাযনত্থন হিস্তরি ওফ মনিপুর অম ইরিবনি থন্দুনা ইবিবসিনি।

নোংম নোংমগী মাত্তসিল্লকদোরব ঈপানাং ঈপুনাংপু তুংগী মীরোন-গীদমক মীচং অমত্ত লেত্তদন, ওাঃত্তাক্ত লাইরন, মীচং সোম্ন হোংনজরিব-সিংবু ভকচাও থেকপ (চৌভিনিত্ত) হায়ত্থন থোনবিব অশিন তাক্তপদি ঈপা ঈপুগী থোঙ্গল লীঘ মী অমত্তং মসীং হেন্নগংলকপা ইবোহল সিংহন চাক যোংপ থাদে তুম্ন যাদে হায়ব অসিনি। মসাগী অমদি মপা মপুগী ইকায়থুম্নন ভাক্তব হোংনবিরিব মমল য়াম্নব মীওইসিংদু হাম্ন মেংহিন বল্লক কনজাহেন থরুম তৌ নি থল্লিব মী অহুবু ওসিগী বংলৈপাক অসিদ পোকপিরবপগী করি কান্নরিংগে—মসি তুংগী লম্বী লেসিল্লকত্রব নহারোল মিসিম্নন কয়ান ওসিগী মীরোন আমদ থুদোম্বী সীংত্থন হংলল্লগদব হাডংনি।

## সনামহীবু লাই ফত্তব ভুৎ-প্রেৎ ওইন উৎপা

The History of Manipur গী লাঃ ৩৯৬ তা লাইনিংথৌ সনামহীবু লাই ফত্তব হিন্দুগী তান্ত্রিক লাই ভুৎ প্রেৎকী মওংদ ইরি—

The other name of Sanamahi is Mahiren which represents the Tantric form of Sanamahi. Another but the less potent Tantric form of Sanamahi is known as Sanamahi Apoiba. These Tantric spirits ··· as generally believed by the supertitious mass, can be possessed by the physicians who were Known as

**Lai-sannaba ....... and further said to be capable of doing immense harm to the individual if they were released on them which was known as lai-thajinba."** মসিন হায়রি। সনামহীগী মমিং অতোপ্পা অদুন মহীরেন কৌই—মহীরে অসিন হিন্দুগী তান্ত্রিকী লাইবু খঙহল্লি। অতোপ্পা মপান্দগী থর হঙ্গুব হিন্দুগী তান্ত্রিকী লাইগী মওং অদুবুন সনামহী অপোইব হায়না খঙবে। অমসুং থাজনা থঙ্গব মীয়াম অসিনদি হিন্দুগী তান্ত্রিকী লাই ভূৎ-প্রেৎ মওং অমি অসি মাইবশিংনা কাহুন থম্ব ঙম্মী হায়না থাজে—অসিগুম্ব মাইবসিং অসিবু লাই-সান্নব হায়না খঙবে। মসিমক্তু হায়রি মহুদি মহীরেন অমসুং সনামহী অপোইব অসি মীওইদ্দা থাজিল্লবদি হায়নিংঙাই নৈত্রব অমসুং অতা থোকহনব ঙম্মী— মাসবু লাই থাজিনব কৌই।

(১) মতাং অসিদ ইবোহল বাবুন লাইনিংথৌবু হিন্দুগী মন্ত্র তন্ত্রন শঙ্গব লাইগী শাংলান তান্ত্রিকী লাইনি হায়খি। মতাংসিদ তান্ত্রিক চৎপসিংন সান্নব ভূৎ-প্রেৎ ওইন লাইনিংথৌবু উরি। লাইনিংথৌ সনামহীবু কাহুন লোইব য়াই, মীওইদ্দা থাজিল্লগা অমাং অতা কযা থোক-হন্নব সিজিন্নব মাবগী ম্যারোল উরি।

ইবোহল বাবুগী থুং অসি হেনজিনমল্লে। সুমাং থেল্লোংদ হিন্দুগী লেংসিন্দুনা শ্রাদ্ধ কর্ম পাংথোক্লিরিব অসিফাওব লাইনি হৌদ অথেনপোৎ কৎচদুন থুরুম্লিবব, কংলৈপাক অসিগী ব্রাহ্মন বৈষ্ণব পুম্নমক্না য়ুম য়ুমগী সনথোং কাদ মৈরা কতুনা লাৎনরিদ, ঈমুং মনুংগী লাংফম ফজবু থুদিংদ য়াইকনব থৌনিজরিব সজিফু চৈরাউবদ হিন্দু লাইনিং চংলিব মীতৈ পুম্নমক্না লাইনিংথৌবু চহিগী অনৌ অপেন কতুনা চহিংমগী য়াইফরোন থৌনিরিব, মেরা চাউরেন হৌবদ লৈঙাক লোয়সংনা মপুং ফাব সিলহেন (ফুল হোলিদে) লাউথোকুনা য়ুম য়ুমদ ইরাৎ থৌরম হৌনরিব, সনামহী

লেহোংবগী থৌরম চহি খুদিংগী পাংথোক্লিব লৈপাকী লাই লাইনিংথৌ সনামহীবু ইবোহল বাবুগী খুৎমক্ত হিন্দুগী তান্ত্রিক-লাইনি হায়না ইব ওব অসিদি—লৈপাক মীয়াম্, পুম্নম কক্লেনবনি। লাইনিংথৌবু মাইবন লোইহৎনা সিজিন্নব বাই, মীওোন্দ কন্দ তৌনব থাজিনগদব লাইনি হায়ন লৈপাক্ত লৌই হায়রতুন টসিন্নব ওল্লিব অমদি ইংগ্রজি লোলদ ইথোক্তুন মপান-লমগী মীওইসিংদ কংলৈপাক অসিগী লুব্বা লাইনিং লবীবু ভুং-প্রেং নিবেগী মওং ওইনা উংথাক্তুন কমেন্নবসিদি- মীয়ামদ লানখ্রে হায়রকম থোকই। থিথক্রো তৌকম শোকই।

কংলৈপাক্ত হিন্দ লাইনিং চংলকখিব অমদি মীতৌবাম্ন সকথংনা চংনরকপ হৌখিবসি নিংথম পামহৈবগী মতমদতনি। মতুন্ন হিন্দুগী রমায়েং-লীচংশি, রারী রাতাই টব হিন্দুগী লাইরিক নিংথিন পুসিল্লক-খিদে, নৈননব সংসক্রিৎ পন্দি- ৈলরমদে। থব মপাং ক্ষান বেঙ্গলি লোল থডব পয় লৈহৌম নৈনন ওয়াকখিবদি ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগীনি। মতম অদুন্ন ১৮ সুব খ্রিস্তগী চহিচাদনি। মতমকন্ন লাইরিক থবদং পুথোরক্লুব হোংনবদ কংনদতুন শান্ত্রাক্ত রানখ্রবনি। অদুন ইবোহল বাবুন তিল্লখি শক মনিপুর ইনদ খ্রিস্তগী মমাং আংদগী লৈরক্লব সনামহী-লাইনিংগী কাংলোনব ওরাংদ সন্ন থবদং চাংকপ হৌখিব হিন্দুগী তান্ত্রিক লাইনি হায়গনি হায়দুনা থনবিরিবসি-কনা কনাদগী লম্বাই খাদোংচাব করি কংতুন ওখিরিবনো চিংনদব ওমদে —মথাদি মথং চেক্লোংদ কংদিগনি।

পাবিয়ু-

নৈনবায়ু

"কংলৈথোল" -

পোষ্ট থাবগী মমল

| | |
|---|---|
| ১। চেফোং ১ গী মমল লুপা ৫.০০ | ১। থা ৩গী মমল লুপা ১৭ ০০ |
| ২। থা ৩গী মমল লুপা ১৫.০০ | ২। থা ৬কী লুপা ৩০.০০ |
| ৩। থা ৬কী মমল লুপা ২৮.০০ | ৩। চহি ১গী লুপা ৬০.০০ |
| ৪। চহি ১গী মমল লুপা ৫৫.০০ | |

Regd, No. RN 34203/79 New Delhi Kangleikhoi/Rs 5.00

To

Subscriber No.

Name ______________________

Occupation ______________________

Address ______________________

__________ P O, __________

If undelivered please return to the Kangleikhol,
Sagolband Tera, Imphal—795001 ; KANGLEIPAK.



এনজী, কাংজীয়ান খোরি লাংজহুন সলাই পুন্সিকমগীদমক
গীতা থিজরম কাংওবম লৈকাইদ নম্রগ ইফালদ কোংদোকচব।